# লৈশেমলোল

## (য়েক খুনাই লিঙ্খুন থীৱেল)



মমল লুঃ ৩·৫০

# লৈশেমলোল

—(০)—

অইবা :—

ডাঃ নবকিশোর খুমন

মমল লুঃ ৩·৫০

## "থাগৎ ৱাহৈ খরদং"

ঐগী ইভোম্না (ইখুরা) পোকপা ইনাও হোমীও পেথীক লায়েংদা M.D.PH.D.M.S.H. পাস তৌরবা, নেচর কীয়োরেগী লায়েংদসু য়াম্না খংহৈরবা মহাক্না মশাগী Madical profession গী চিল্লবা মতম কায়থোক্কুনা মীতৈ ইনাৎকী মরমদা থীজিন্দুনা লৈশেম লোলগী লাইরিক অমা ইথোরকপশি থোইদোক্না থাগৎ-নিংঙাইনি। মীতৈগী পুদিনগী ( মীতৈ সাহিত্যগী ) ওইবা মশক শেংনা তাবা অদুগা মীতৈগী অহল—লমনন: universe অসিগী মরমদা লৌবম্বা ফীরেপ কয়াগী মরমদা কুপ্না নৈনবা লাইরীক্কী। পাকচবরসু লাইরিক অসি য়াম্না মচাক নৈবা লাইরীক্কী হায়বদা হায়মনবা পোকলোই নীংঙাই। খৃষ্টগী শাতাব্দী ১৮ সূরকপগী অদু ৱাইদগী নৈরুব ধর্মগী ঈহৌদা ওাংগী লৈজরম্বা মীতৈ মায়চৌ-শিংগী পুয়ানচিংবা পুম্নমক মরু মুংহনখিবদগী ওসি ফাওবা হিংগৎপা ৱনা লৈরি। অসিগুম্বা মতাংদা লাইরিক অসিনা মীতৈ ফুরুপকী হৌরকফম, লোল ১দি চংনবীবু খংহনবদা খরদং ওইরবসু মতং পাংবনি। ইমা অমসুং ইমা লোননা অতিয়াদগীসু হেন্না ৱাই হারবসিনা ঐগী ৱাখলনি। ঐগী কাংলুপকী হৌরকফমগী মরমদা খঙনবা হোংনবা হায়বসি চাওখৎপা পাম্বা ঐখোয় পুম্নমক্কী ইথৌনি হায়বসি থম্মোয়নুংদা ৎল্লগা নৈনবা তাবনি। নারক্না শাৎপা লৈরাংগুম্লবা অমদি ঈয়াইদা লোৎপা মনিগুম্লবা মীতৈ লৈবাক্কী মরমদা থীজিনবা হায়বসি থাগৎনিংঙাইনি।

অমঙোমক্পা অনৌবা অহৈবা ওইবনা লৈবাক্কী অখণ্ড অহৈ, য়াই তোং খমদোংবশিংগী মীয়েং তাবীবদা অরাংপা কয়া থেংনবীবা য়াই, থুনা ফোংনবা হোৎনখিবনা য়েকার, ওকার ওননবা কয়া য়াওরবস্নু য়েংনা পাবীগনি নিংঙৈ। অহৈবগী মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা ইবগী মত্তিক লৈ হায়বশি ঐনা চেংনা থাজে। অরাংপদা শরুক ওইরবা মীতে সাহিত্যগী লৈকোন্দা থোইদোক্না খাণ্ডবা কম্বগী উইলগা লোয়ননা থৌজিন খোংচিন তৌত্নুনা মথং মথং কয়া ইথোরকখিগনি হায়বগী থাজবা লৈ।

লাইরিক কয়া অমা ফোংরিক্নুনা মীতৈ ইমা লৈমগী থৌগল ফংবা ঙমসনু হায়না তেংবাংনবা মপুগী খুয়া খাদা মতম পুম্বগী ওইনা পুমেনজরি।

পিঃ ভারত সিংহ
B.A. (Hon)
M.A. Ist class first M.C.S.

# "শেংদোকচবা"

ইঙ্গন্নিবা লাইরিক অসিদা "ইপুরোই" হায়বা ব্রাহৈশিনা মাংথন্নিবশিগী মরমদি ইপুরোই হায়বশি তাইবংপানগী অমত্তা ঙাইরবা পুম্নমক্কী মপু ওইবা মহাক্কী তাইবংপানগী মপূবু ইপুরোই হায়না কৌবগী মরমদি ইপু হায়বশি ঐবু পোকপিবা ইপাবু পোকপীবা ইবুবোকপু পোকপিরম্বা ইপু জদুবুস্থু পোকপীরম্বা ইপু অমস্থু লৈরি। অস্থুম্না পুরেন তরেৎ ফাওবা পুশিংগী মমিং অসি লুহোংবা খুদিংদা মাগী মপাবু পোকপা মপদুবু পোকপা মপদূদগী তরেৎ সুবা ফাওবা অমুক হঙ্গনা থীবদা ঐঙোন্দগী ইপুরোন তরেৎ থীবদা তরেৎসুবা 'পু' দুগীস্থু তরেৎ অমুক থিখিবা অস্থুম্না অস্থুম মথং মথং হঙ্গংনা থীখিবদা মীওইবগী ব্রাথল লৌশিংনা লাম্বা ফংবা মফম ফাওবা লাম্বদা ইরোয় লোয়বা 'মপু' নি হায়না লৌনরবা ইপুদু অরোইবা ইপুনি হায়দুনা "ইপুরোই" হায়না সৈশক্লবনি। অসিদনি অহাম্বা হৌবদা ইপুরোই হায়বা ব্রাহৈসিনা মাংথারিবনি। পুম্নমক মহাক্না পোকপীরকপনা মহাক অসি শিবা নাইদে হায়না লৌনৈ। অসিদনী ইপুরোইশিদবা হায়না মায়চৌশিংনা শৈশক্লরম্মী। মায়চৌশিংগী থৌদা তুংইন্না ইপুরোই হায়বা ব্রাহৈসিনা মাংথাবনি খঙবীদুনা অরান অত্থুয় থীবিকপু পেন্দবা থীবীক থ্বাইরোয়না ঙাকপীগনি।

ডাঃ নবকীশোর মীতৈ

খুমন

# থাগৎ রাহৈ থরদং

ডাঃ নবকিশ্বর মৈতৈ (খুমন্) নাইবা "লৈশেমলোল য়েক খুলাই লিখুন খিলেল" হায়রিবা লাইরিক অসি হৌজিক্কী অচম্বা মীতৈ লোন্দা ইবা মরমনা পাবদা লায়না থোক্কনি হায়না খল্লি। মাংথ্রবা মীতৈগী ইনাৎপ্ থিজিন্দূনা অচুম্বা ফংনবা হোৎনবদা নহারোলগী থৌদাংনৈ। লোয়ননা মতুংদস্থু থিজিন্দূনা হেন্না ইরক্কনি খল্লি।

কুঞ্জবী সিংহ

কোংবা নান্দৈবম লৈকাই

থৗঙজিম্মীয়ঃ—

আশিবা হায়বশি অচিবগী মমিংনি। অচিবা হায়বশি তেংবাম্বা মপুগী রাখল পরিংত্থবু তোঙাম্বা লোইবুংথৌ অমগুম্না শৈথাবনি। মায়চৌ থরনা অশিবা হায়বশি মপুগী ইহান হাম্বা রাখল লিশাং থারকপগী মশকপূ পন্দূনা হায়বনা শোরারেলগী মচা অহলনি হায়নস্থ লৌনৈ। য়াইমাবুনা লাইনিংথৌ সনা মহীনি হায়না লৌই। রাজো মায়বীনা ইবা “লাংওল” হায়বত্থদা আচিববু সনামহীনী ময়াম্বুং ওইনা উৎলিবশি মায়চৌ খবন! লৌরম্বা ফজরবা লৈশেম্লকপগী মতাংদা লৌরম্বা রাংলবা রাংঙ্লোলত্থ শক পান থোং ওইনা উৎথোকপনি।

অমনা কৌক্র, নোংমাইজিং অমস্থং থাংজীং হায়বা চীং অত্থশি ফুঙ্গা মুংত্থমম্নী। ফুঙ্গা মুংত্থমগী লৈফম কংলৈপাকশি ইমোইম্ন ইমাগী মশাইগোন্নী।

গুরু হায়বশি কুরুদগী থৈথরকপা লোন্থেনি। তেঙবাম্বগী মমুংদা কুরু অমথক্তামক লৈ। অনিস্থনা লৈতে। অশিগুম্বা অমথক্তা ঙাইবা কুরু অসি অতৈ কনাস্থ মত্তে তাইবংপাম্বা মপুনি। অসিনা মরম ওইত্থনা করিগুম্বা লাইশোল তিনশোল অমা শেম্বা মতমদা, শোলবা খূদিঙগী লোয়শিল্লকপা মতম খুদিংমক্তা কুরুগী য়াথংনি নত্রগা লোন্থে ওইনা গুরুগী য়াথংনি হায়ত্থনা হায়রিবশি মরম অসিদগীনি। মসিবু রাংলম-

লবদি শোল্লীবা তিলশোল-লাইশোল অদু শিদ্ধ পাম্বা কোবা লৈতে হায়বদি শোল্লুবগী কান্নবা অদু সুকফং ফংদ্রে। মসিগী মন্নুংগী রাদি করীনো হায়বদা তাইবং পাম্বা মপূনা পুন্নমকশি মশাদগী থোকখিবা ওইবনা খুদিংমক মহাক্কী রাখলদগী থোকপা ডাই-হাক্কী, মহাক্কী মশাদগী ওইরকপা ডাইহাক্কনি। অদূনা পুন্নমক অসি হায়বদি তাইবংপাম্বা অসি মহাক্কী ময়াথংতনা ওইবনি।

মরম অসিদগী তিনশোন-লাইশোনবা মতদা অরোইবদা কুরুগী য়াথংঙ্গি হায়রমদ্রগা শির্দ্ধ পানদ্রিবনি।

## "ঋামাৎ য়ানবা ঋাহৈ থরদং"

ভারতকী নোংপোক চিদাইদা লৈরিবা মীতৈ কৌবা কাঙলুপ অসি অহৈ অশিংকয়ানা নৈনদুনা য়েংবদা মঙ্গোলীয়ান কাঙলুপ্তা চিংবা য়াই হায়না মত পী। অদুবু মীতৈগী তোপ তোপ্পা খুনাই অমা লৈজে, মশাগী খুনাইগী তোঙথীন ওইবা মশক অমস্তুং তরং তরংনা চোংথোক্তুনা লৈ হায়বশি মত ককই। ভারতকা পুন্সিন্নরুবদগী য়েক মচা নত্তবা শলাইগী খুনাই কয়ামরুমস্তু লিংলরে। লৈশেমঙৈদদি চীংমী কাঙলুপ তাংখুল কবুইনচিংবশি তম্পাক্তা অমত্তা ওইরম্মী; য়েক শাগৈ মচা ওইবগী অশেংবা তৎনা থানবা য়াত্রবা মরী অচু লৈরম্মী। চারো মরোনবগী থৌওংস্তু ফজনা লৈরম্মী। মমৈথংদা তম্পাক চাওথংপগী লমদা খুমাং চাওশিল্লকখি। চীংগা তমগগী মরি থাপ্পবা হৌরকখি। তশেংবদি সুংশিনবগী লম্বীদা লমথংখিরুদি নত্তে। লম্বী থোংগী পুদোং চাদবা তম্পাক্কী অতেম্বা থরা থরা কোকপা মফমদা লৈনখিবা, চীংদনা অরাংবা মফমদা লৈখিবা তোয়না উনবা চৎনবগী লম্বী খুদোংচারমদবা, লমলক্কী শা কৈনা মরাং কায়রম্বনা অস্তুম থাপ্পখিবনি। অদুবু চহি চা থর থাপ্পরুরবস্তু কোন্না চক্কী মতমদদি মীনা থর কুংলকপা য়াম্লকপনা নকশিন্নবগী খুদোংচাবা থর থরা লৈরকখি। চীংগী পামদগী য়েঙ্খাং নাপী হেক্তুনা পুথরক্লগা তম্পাক্কী কৈথেলদা য়োনবা চৎনরকখি। অস্তুম তৌদুনা নৌহৌননা মরী অসি ফজনা অমুক নকশিলনরকখি। মতম থরা লাপথোকনরুবদগী খুনাইদা লোন্দা থৈরুরবা চীংমী ইপা ইপলশিংনা তমগী ইপা ইপলশিংগী খুনাই

অমদি লোনচত্তা মরী নকশিন্নবা থেংনৈ। মেয়ো ফজবা খুনাইগী মশক কয়া তোপতোপ্পা চোংথোরকখি। খুনাই অসি চাও-খৎনবা হোৎনরকপগী মতাংদস্থু থোইদোক্লা ঙক্লীংঙাই ওই। মথোয়না লোংমগী থবক নোম্লগা মীখা পোন্দবা লৈবাক অমা ওইনা হিংলগা অশংবা মতমদা মচামগু তম্বীরম্বা, শিন্থা পীবা তম্বীরম্বা অমস্থুং সাহিত্য শেমগৎলম্বা ঙক্কবা ঙমদে। পুম্না লিখুন থমম্বীরমবা কয়া অদু পামহৈবগা শান্তিদাসকা লৌতুনহুনা মৈ থাখিবদগী মাংথ্রবস্থু লৈশেম লোন নোংথকলোন অমাইলোল, বাঙ্লোল, শিংককলোল, শাকোকলোল-নচিংবা অদুগা ইনাৎকী বারী অমস্থুং ঈশৈ শৈশক শৈরোল কয়া অসি মাইচৌশিংনা লোইনা খুৎইদা লোননা থুপ্পা থম্বীরম্মী। অদুনা কয়া অমস্থু চীন্দা পকহৌই, অনৌবা রাখল কয়াস্থু পোকলকখি। হৌজিক প্রজাগী লৈঙাকলোল Modern Democracy লাক্লবা মতমদা মমল য়ান্নবা ঈপা ঈপুনা থম্বীরম্বা লল-শিংশি নোৎহোনা থিগৎফম থোকই হৌজিক মশি থীগৎহৌত্রবদি লৈরীবা অহলশিং; লোলনা থুপ্পা লৈরীবা অখঙ অহৈশিং অসিনা শিবদা কোম্নবগী ফীভমদা লৈথ্রবদি অহললোল কাওবুশিংনা থুপ-খিবা মতমদা অদুমক মাংখিবা য়াবগী চিংনবা লৈ। মরম অসিনা মৈহৌরোল থংলবা অহলশিংশিগী মতমশিনা লৈরীঙৈ-সিদা তাম্নহুনা থীজীন্দুনা থঙজিনহৌরগা; পুনশিল্লগা ছাপা তৌহুনা লাইরীক ওইনা ফোঙদোকপা মতম হেনদোকখিগদৌরে মসিদগী পম্থগ্রবদি মীতৈগী খুনাই অসি অচৌবা ঈচেলদা মাঙ-খিগদ্রা চিংনৈ। কা হেনলবা মতমগী নোংলৈ সুংশিংনা

হুমলোকখিগদ্রা, তাংগোই কাওবা লৈহৌরোইজ্রা হায়বগী মীতৈগী থক্মাই খুন্নিংদা হাপাইনবা অমা শোয়দনা লাকনি। মতাং অদিদা মীতৈ মচা খুন্নিংমক্না মমল নাইজবা মীতৈ খুনাইগী ওইরবা লাইওইগ্রবা অহলশিংনা ইপা ইপুশিংনা থম্বীরম্বা লল শিং অসি চেকশিল্লবা, লুনা থম্বগা লোয়ননা নৌহৌমনা য়োক-খৎপা (moderni-e তৌথোকপা) অসি চংই। মসিদা চংশিনবা হায়বসিদা economic crisis কয়া থোক্লকপা য়াবশিংবু থোক্ত-নবা solve তৌথোকপা তাই। হায়বদি হিংবগী লানকমদা মায় পাকহনবগা লোয়ননা খুনাইদা ( cultural research ) থীজিন-নবা থোংথাংজিল্লবদি শোয়দনা য়াইফবা ওইগনি। require to solve the economic problem in order to solve the cutture of Meetei community ) হায়না চেৎনা থাজে।

অসিগুম্বা লুরবা তানফমদা মীতৈ খুনাই অসিবু করম্না হিং-গদবনো, মীতৈগী Identisty অসিবু করম্না ঙাকপা ঙমগদগে হায়-বগী খনবদা ঙো কংনরবা লয়াই কোইরেলদা হিগা য়ৈহুনা থাগন-রবা মতমশিদা Medical লমদা থোইদোক্না M. D. Ph. D. M. S. H. (Homoeopethic) pass তৌরবা অমদি হায়বীবা হোমিওগী লায়েংগী থবক নীংথীজনা চৎথরীবা ডঃ অমনা "লৈশেম লোল য়েক খুনাই লিখুন থীলেল" কৌবা লাইরীক অসি থীজীন খোৎচীন্দুনা পুথোকপীরকপসি থাগৎতবা ঙমদে: লাইরিক অসিদা অতিংকোক মরু শিদকনা তাইবং কুম্মৈগীদমক ন্নুমিং পুথোক্লপা, শোরারেল লৈমরেল পুথোকপা, চকু অহিংবা মতুংদা হন্নীজবা অঙাং ওইদুনা সনামহী লাংঙনলকপা, নমু তাইবং মীতম-

লকপা, কোঙ্গীল তুথোকপনা মা কন্নাল কাবা, য়েক শলাই পোক-খিবগী মতাং, শ্রেয় য়েল্লোয়, মীতৈ লমদগী চীংগোই য়েংবনচিংবা শমপৎপা মওংদা মরীকচুম্না ফজনা পল্লি। মীতৈ হায়বল্লি চীং অমস্মুং তম অনিমকপুনি হায়বগী মতাংস্মু সুগাইনা তাক্লী তাংখুলনা মীতৈগী খুনাই অহানবনি হায়বসিমস্মু তাক্লি। পাংলি লিবা লোন্দাদা ইদে হায়বা য়াই অইবগী তোপ তোপ্পা Style (ইবগী মওং অমা) হায়ববু লাইরিক, লমাই কয়াদা শৈবেং ওইনা ইরিবা—লাই খুরুম্বা, লাইগী য়াথং তাওথবা, পাউরৌ ঈশৈ, নাউথেম ঈশৈশেনচিংবগী মতাংদা উবা ফংই। Dr. অসিগী অহানবা ফোঙলীবা "লৈশেম লোল য়েক খুনাই লিখুন থীরেল" হায়বা অসিনা ঈনাৎ কন্নবগী মতাংদা মতেং ওইগনি নিংই অতুগা থোইদোক্না লমদম অসিগী Political অমস্মুং Cuttural Integration কনখৎহনবা তারবদি ভারতা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা পুন্সি অমস্মুং পুক্নীং খুনাইগা কোননা খঙবা চুম্মী। হৌরম অস্মিদা মীতৈগী খুনাইগী মতাংদা লাইরিক অসি মথেল অমা ওইবগী হোৎনজমনবু ইকাই খুম্নবা ওমদে। অস্মুন্না হনবা লৈতনা থীহুনা লাইরীক কয়া পুথোকতুনা মুৎথরক্লবা মীতৈ এখোয়গী ইনাৎ থুনা য়েকখৎপা ওম্ববু তেংবাংনবা মপুগী মফমদা খুরুমজরী। অমনা ইনাৎ অমস্মুং খুনাইবু কননবা হোৎনবদা ফৈরেংননা ইজাতিবু লালহৌহুনা থুগাইবদি মথস্তা শিজবনি।

মীতৈগী থায়নগী Civilization গী মশক অসি তশেংনমক Unscientific ওইবা মতমগী মঙ্গুংদা খ্বাইদগী Scientfic ওইনা চাওখৎলম্বনি হায়না লৌবা য়াই। বৈজ্ঞানিক ওইত্রিবা

মতমগী বীজ্ঞানদা থোইদোক্না চাওখৎলম্মী। মীতৈ পুয়াশিংশি ভশেংনমক unscintific Age দা লৈরম্বা science কী লাইরিক ভাক্নী। science তা নত্তনা geography. history, litteratur, Arts, technology, weaving, small scal industry নচিংবগী মতাংদু নিংথিজনা য়াওই। অসিদা নত্তনা ঈশৈ নোংমাইগী মতাং কয়াদসু মরীকচুম্না তারম্মী। science কী নাকলদসু হৌজিক space age গী মতমদা লৈনরীবা astronomy, physics, chemistry, dynamics, methemetics নচিংদবা নীংথিজনা অদুম লৈনরম্মী। systemetic ওইনা তোঙান তোঙানবা subject সুগাইনা study তৌরম্মসু থেংনৈ। astronomy শরুক অমা ওইনা তোপ্না লৈনরম্বা "নোং লোল" লৈচিললোল নচিংবা ফজনা থম্মীরম্মী। ডাঃ নবকীশ্বরগী লৈশেম লোল হায়বা লাইরিক লম কয়াদা ইসু মুনা ইতিন তীননা ইবা মখলগী লাইরিক্তা চিংবা য়াই। লাইরিক অসিদা solar Humen evolution, cultural evolution sociology, Humen psychology, littereture (lyrics prose poem etc) গী মওং নিংথিজনা য়াওই। অসিগুম্বা লমদা ইপা ইপুশিংনা থম্মীরম্বা মমল নাইদ্রবা ললশিংশি থীজিন্দু, modernise তৌরবদি মীতৈ খুনাইসু modern world অসি। ইকাই খুম্‌ননীংঙাই ওইরবা ফুরুপ অমা শোয়দনা ওইরক্ক মতাংশিদা লাইরীক সিনা মতেং খরদি ওইগনি নিংজৈ।

ডাক্তর এম কীর্ত্তি সিংহ
এম, এ, এল এল বি
পি এইচ ডি
কোংবা উচেকোল

## "খ্বাইগী মফমদা নোল্লুকচবা"

বীরচান্দ মীতৈ খুমনচা ঐগী ইচা অহল নবকীশ্বরনা লৈপাক অহল-লমম্না লাইগী ওমথং ওইরবশিংগী মতংদগী "লৈশেম লোল" য়েক খুনাই লিখুল থীলেল" কৌবা লৈশেম্বগী মতাংদা ইবা লাই-রিক অসি পুথোকচবশিদা অশোয় অরান কয়া য়াওখিবা খিবীক্কী-দমক্তা খ্বাই তারাগী মফমদা ইচাগী মহুৎশিন্না নোল্লুকচরি। লাইরিক অসি মীয়েং তাবীরগা পেন্দবা কয়া য়াওরকপা হায়হন্নীংবা রাচুম কয়া চিথরম্ববু পুকচেল তীংনা মীতৈ য়েকচাগী খুনাইগী মশকপু লাহননবগী হোৎনবগী লমদা চংশিনমীন্নবা নৌহৌননা শেমগৎপীননবগী মওংদা তাকপী তীকপীরনবা নোল্লুক্না নিংশিং-জরি অমদি তাকপী তীকপীরকপা। থীবিক মথংগী খুনমদা হাপচ-নবা খুদোংচাবশু পীবিগনি হায়ন চন্নবা রাখলনা লৌজে। শিগী-দমকশু খ্বাইনা ভাকপীগনি।

বীরাচন্দ মীতৈ (খুমন)
অইববু পোকপা, কোংবা
উচেকোন, কোনশম লৈরক

## "মাংজোননা করিগুম্বা থরদ."

ডাঃ নবকীশ্বর মীতৈ (খুমন) না পুথোকপা "লৈশেমলোল য়েক খুনাই লিখুল থীলেল" হায়বশি পাবদা য়াম্না মুঙাই। য়েলহৌঙৈদা মীতৈ ইপা ইপূনা লৈশেম তুশেম থিবগী মতাংদা লোনরম্বা রাংলবা রাঙ্লোনগী মশক মমি অহু ফজনা তাই। লোন্দা পূদাদা অহুক হাক্লা লুশিনদে; পাবদা মুংঙাইনবা য়ারিবমথৈ অনৌবা লোন্দা ইননবা হোংনবগুম তৌই; ফনা য়াম্নসূ মায় পাকই। অহুগা পারী পুরীনা লোনরম্বা রাখল ইচেল অহুদগী থৈদোক্লুনা চংখিবস্মু তৌদে ফজনা অদুমক পুখংলকই! অইবনা অনৌবা অইবা ওইরবস্মু তুংগী আশা য়াম্না লৈ হায়নীংই। ইপা ইপু নিংজনা নোকখি নে৷ য়ানা থীজ লুমজরগা পুথোরকপনা মতুংদস্মু অস্তুম্না থীজিল্লকপদা মপুগী থোজালদগী লৈপাক্কী অখং অহৈনা মতেং নীংথিনা পীহুনা অনৌবা লাইরিক (modernise the old ideal of our forefather) কয়া পুথোরকপা য়াবগী অচেৎপা থাজবা লৈ।

এস, তোম্বী জেলর লৈরক

কৈশাংপাং

## "করিগুম্বা থরদং নিংশিংজবা

ঐনা লৈপাক খ্বাইগী থৌগল ওইনা লাইরিক অসি ইজ্রখিব-শিংগী থৌনাদি ইচেগী মচা ইবুংঙো যম্ভুমনি মীতৈন! ইথৌল পীখিবদগীনি অহুম্নদি ওইরবদা কলম পায়রুবা মতমদা অম্মূক ৱাংলবা অমদি লুরবা তাইবংপান ওইখিবা, তেংবাংবা শেমখিবা মালেম লৈশেমখিবা, তাইবং মী অমদি অচৎ চত্তা য়াইবী পানবা কয়া পোকখিবগী মতাংদা ইবা তারকপদা য়ায়া অরাবা অমা ওইনা থোকখি। অহুবু মপু ইবুংঙো মহাক্ন! থৌজানবীদুনা লৌশিংগী মণ্ডাল পীবিখি। থোইদোক্না ঐবু তাইবং মাওহনবীদুনা তাইবং কুম্মে য়াওহল্লীবা শেম্বীরিবা মপু ইবুংঙো মহাক্ন ঐবু পোকপীবা নাওয়োক নাওকোন তৌবীরিবা ইমা ইপা অনিনা অমতা ওইনা লেপ্পীবদগী কংলৈম্না লৈবাক্কী থন্ডহৈরবা কয়াবু উননজবা ৱা তাঞ্জবা অমদি মরী লৈনবা লাইরিক অরিবা কয়া লাইনিংহল লাওরীয়ানা থম্বীরম্বা শাকোকলোল, নচিংবা লাইরিক কয়া কুপ্পা নৈনরগা, মীতৈগী অচৌবা মীফম কয়াদা পুথোক্লুনা থননা নৈনরগা কায়নথংদা লাইরীক অসি ওইবা ঙমখিবনি। মসিগীদমক্তা ঐবু পোকপীবা পলেম পম্পো অমদি লৈপাক্কী থংহৈ-রবা মীতৈ খুনাইগী মরমদা খুমাং চাওশিল্লবা অহল লমলশিংগী শিংবা ঙম্মরোইদবা লমন তোল্লবনি। অদুগা নরা লৌশিং ওইবনা অহল লমন তাকপী তীকপীরকপশিংহু ইশিন খোংচিঞ্জবদা তৈনা ওননা য়াওখিবা অশোয় অরান চিথ-নাথা খিবীকপু মথংগী খুংনমদা হাপচিঞ্জবা মেনশিঞ্জনবা চুমথোকচনবগী খুদোচাবহু খ্বাই তারানা পীবিয়ু।

ডাঃ নবকীশোর মীতৈ (খুমন)
M. D, Ph D M.S.H.
(Homoeopethic)

# অরানবা চুমথোকপা

থাগং ম্রাহৈ থরদং য়াওবা

অরানবা—অচুম্বা

Madical—Medical

রাম্রাই মানবা রাহৈ থরদং

Cutttural—cultural

integration—intigration

litterature—litterature

Systemeic—Systematic

Soler humen euolution—Solar System Hyman Evolution

littereture—litterature

খণ্ডজীনবীয়ুদা য়াওবা :—

শিক্ষ পানবা—মহৈ ফংবা

শিক্ষ পানদ্রিবনি—শোল্লুবগী মহৈ লৈদ্রিবনি।

গুরু—অতিয়া শিদবা

কুরুদগী—অতিঙঙা শিদবদগী

কুরু—মপু

কুরুগী—মপু মাগী

গুরুগী—অতিয়া শিদবগী

শেংদোকচবদা য়াওবা—জম্বুদ্বীপ—অম্বুদ্বীপ

শৈশক্লম্মী—শৈশক্লম্মীবা।

| অরানবা | অচুম্বা | লমাই |
|---|---|---|
| ইরাংনরিবশিবু— | ইরাংনরিবসিনি | —১২ |

সেনা মহী ইরাংপা কৌই হায়বশি অহেনবনি হাপলোইদবনি।

| | | |
|---|---|---|
| পানবীথী— | পেনবীথি | —১৫ |
| রাইসে— | রাইনোসে | —২১ |

Rayalfamily—Royalfamily —৩৯

মীয়ামগীনি—মীয়াম্‌গীনি —৪২

(মীতোপ কংলৈমচা অপবশিং)

| | | |
|---|---|---|
| চহী ১৭৮ | চহী ৩১৮ | —৪২ |
| মীয়াম — | মীয়ান্‌ | —৪২ |
| lenguage— | language | —৪৩ |
| Medicel— | Medical | —৪৮ |
| Psycholagical | Psychological | —৪৮ |
| Scholca— | Scholar | —৫২ |
| Hrrijan— | Harijan | —৫৩ |
| Conmunity— | Community | —৫১ |
| নমথংলি — | লমথংলি | —২২ |
| চিংথরং— | চিংথবা | —১৮ |
| নথাম্নুংদা— | মথাম্নু দা | —১৭ |
| পলেম খোমদান,— ওইবনা | পালেম খোমদোন ওইবনা | —১৭ |
| মালেম লৈন্দা | মলেম লৈদা | —২৩ |
| কয়ামক্লমশিগী— | কয়ামক্লমশিগী | —৩৩ |
| রাংমা লানবু— | চাংমা লাম্নবু | —৫৬ |

N.B. (1) চুমথোক্লীবশিংশি মস্তনা অরানবা কয়া য়াওরবস্ন য়েংনা পীনবা খাই অরাগী মফমদা নোল্লুকচরি।

*(2) No part of this book may extract in any means ar way whether mechanical or electrical or hand writing or noting, recording in any form beeaing the central idea wilhont seeking a prior permission in writing from the author.*

# লৈশেম-লোল

## য়েক খুনাই লীখুন্ থিলেল

—ঃ{0}ঃ—

## য়ানোঙবা

হয়িহে হয়াহে
চীংঙু খোইয়ুম শিদবা
তাইবং শেম্বা মপূও
চীংঙু নঙগি নতিকপু
চীংঙু নঙগি নঙালবু
করি খঙদ্রবা নদাইরেম
তয়ুম চৌনগোই ইন্নাকমনা
চীংঙু নতিক অচৌবা
খোইয়ুম নয়াই অরাববু
পায়মা শিল্লে লোম্না
উদবা মপা লাক
খঙদবা মমি তম্
চীংঙু নঙগি কুম্মৈগী
লহান নোং চকপা মাঙ
খোইয়ুম তননা শাফোংবী
তাইবং লৈশেমখিবগী

লৈশেম-লোলগী য়ারীবু
লৈচন চাদ্রবা পরেংনা
লিশাঙ থাজরক্কে চীংঙু-ও
অরান অহুই খিবিকপু
করি খঙদ্রবা নদাইরেমনা
চীংঙু নঙবু নিঙজদুনা
চীংঙু নতিক অচৌববু
শক-শোনবনি খঙবিদুনা
ননাইবু তাথীবিগনো ।

ঈপুরোইনা শায়োন ওইরিবা, অতিংকোক মরূ শিদবনা অহাঙবা হৌফম লোইফম খঙদ্রবা, ফিবান ফিজিন খায়দ্রবা, তরঙ-মালঙবু অরোনবা শকউদবা ফিজেৎনা লৈতেংদুনা, শক-নাইদনা শকলোংতুনা, মিৎয়েং শাংখৈবিরকখি অমম্সুং তাইবং কুম্মৈ শান্নরগে খনখি। য়াখল অসিনা লনজিং ওইদুনা খোই-য়ুম থুপচানখরে। তরঙগী থনূঙদা লূপতুনা খোইয়ুম শাফোঙ-লগে লেপখরে।

অস্সুম্না অতিংকোক মরূশিদবনা অরেপ্পা য়াখল থমদুনা শা-ফোঙনবা থৌরাংলে। লৈচিন নোংফাই মরক্তগী তুজুংনিঙাই ওইরবা ঈৱাই-ঈনিলগা লোয়ননা শাফোঙবিরকলে "চীংঙু খোই-য়ুম শিদবা" ওইনা। লেঙথোরকলে তরঙ-মালং অসিদা।

চীংঙু খোইয়ুম শিদবনা মতৌ ম া য গা। তাইবং কুম্মৈ পুথোকপা য়াগদগে হায়বসিগী য়াখল লিশাঙ থাখরে। অদুদগী

মমৈথংদা মৈশা মখৈ খোমজিন্দুনা, কোলোয় মিংলেন অথোই-বা কোরৌহনবা কৌতুনা তরঙসিগী ময়াায় চবুকমক্তদা ঙাম্ভোই-তুনা লৈহল্লগে হায়না লেপখরে ।

চীংঙু খোইয়ুম শিদবনা
অস্থুম্নদি খনবিতুনা
ওইরোমদগী য়েংলোমদা লৈতুনা
ময়ায় চবুক্তা পুশিন্দুনা
খোমজিন তাশিন তৌতুনা
কোরৌহনবা শেমলক্লে ।
লৈনা লৈনা পুডুনা
উংনা লৈনা খোমডুনা
ওইদগী য়েংতা চিংঙডুনা
য়েংতগী ওইদা লাক্তুনা
য়েংকা ওইগা লৈনডুনা
ওইগা য়েংকা চিংনডুনা
খোমজিন তাশিন তৌদুনা
কোরৌহনবা শেমখ্রে ॥

কোরৌহনবা শেম্বা লোইরবদা কোরৌহনবা চোংথোরকলে । অদুগা চীংঙু খোইয়ুম শিদবা তাইবং মপু মঙোন্দা খুরুমজরে ।

হে চীংঙু ইবুংঙো
খোইয়ুম শিদবদি মপু-ও

ননাইবু লোইবা খোইয়ুম-ও
ননাইবু শেমবিবা চীংঙু-ও
ননাইবু লোইবা লৈমাবা
ননাই ঐবু শেমবিববু
চীংঙু নঙগী করম্বা
থৌশিল থৌদা পাঙবদা
তরং নোংমদোন অসিদা
ননাইনা পাংদৌ তৌদৌবা
থৌরম থৌগাই করম্বা
শিল্লম শিন্থা লৈবগে
শিন্থা পীবিরো খোইয়ুম-ও।

অস্থুম্না কোরৌহনবনা মাগী শিন্থা পীবিয়ু হায়না চীংঙু মখোঙ খাদা পূনেমজররবদা চীংঙু খোইয়ুম শিদবনা কোরৌ হনববু য়েং-লে হায়রগা চিঙ্গোই মপাউ মেনবিখি॥

চীংঙু ঐনা কোরৌহনবা নঙবু শেম্বদি; অতৈগী নত্তেয়ে তয়ুম, চীংঙু ঐনা পায়মা পিবুকন্নুংদা তাইবং কুম্মৈ শান্নগে উনবিন্নুংদা খল্লুরে, উনবি পুক্নিংদা লেপলুরে, পায়মন্নুংদা অরেপ্পা ব্রাখল থমলুরে। অসিগী মতুং তাবদা কোরৌহনবা নঙবু শেমদ্র-বদি নবুংঙো ঐনা খল্লিবসি থুংবা য়ারোইদৌরে হায়বা ব্রাখল মমি উদুনা কোরৌহনবা নঙবু শেম্বনি অস্থুম্না চীংঙু মপাউ তাকপিখি॥

অসিগী মখাদস্থু তাকপিখিঃ—

হয়েং নোং তুংদা
তাইবং কুম্মৈগী লৈরোল কয়া,
মরোল মরোল চল্লবা তুংদা,
মীওই তাইবং কুম্মৈনা
মরোল নাইনা লৈথ্রবা
মরোল মরোল চংথ্রবা
য়াইবী পানবা কয়াগী
চক মরোল কয়া লাল্লবা
য়াওন কয়া লৈথ্রবা তুংদা,
নবুংঙো ঐনা থুপচিন
লোইশিলনিংলবা মতমদা
মৈশা মনিলগী শরুক্কা
তাহনা মেংতুনা
নবুংঙো ঐনা শেমথ্রবা
নশা অসি শিদোক্তুনা
হান্নগুম্না তরং মালং লক্লিদা
তিনথিগদবনিকো তয়ূমঃ—

অস্নুম্না তাকপিরবা মতুংদা চীংঙু খোইয়ূম শিদবনা মহাক্কী শিন্থা পীবিরে।

কোরৌহনবা নহাক্কী থৌদাংদি
নহাক্না পায়শিন্দুনা থমলিবা

মৈশা মঙাল অসিনা
তরং মালং অসিবু ঙালহনগনী
মৈশা মঙাল পীবিগনি।
অদুগা নবুংঙো ঐনা
তাইবং শেম্লবা মতমদা
তাইবং থল্লায় ওইবা খুদিংদা
য়াইবী পানবা খুদিংদ
নঙনা মৈশা মঙাল পীবিগনী।
অইং অশা খায়বিগনী
অমম-অঙাল খায়বিগনীদো
তয়ুম, চৎলো! নঙগী
নখৌ তৌজরুরো নঙগী
তাঙবলদি তরং-মালং পানসিগী
ময়ায় চবুক মক্তুদা
নবুংঙো ঐনা শিন্দূনা লৈরবনি
চৎলো নফমলাংদা ফমজরুরো।
ঙাইখো ব্রা অমত্তংগা মেনখিগে
নঙনা তাংবল হেক কাখৎখিবদগীদি
"মতম" হায়বসি লৈরগদবনী।
নঙনা তাংবল কাবসিমকপু
"ঙসি" হায়না লৈহৌরগনী
তাংবলদা লেঙখত্তুনা

হেকি লৈখিবদগী হৌনা
মতম হায়বা খোঙচৎ অসি
লেপতনা চৎপা হৌবগনী।
হয়েং ভুংদসু নোংমগী
মপুক মমুং অসিবু
ঙসি হায়না খঙনহৌবসনু
অহুগা নবুংঙো ঐনা
তাইবং কুম্মৈ থুপচিনবা
কোবৌ নঙনা তবঙলক্লা তিনবা
অসিমক্তা মতমগী থেংঙচংসু লোইশিল্লগনী
কোবৌহনবা নঙনা তাখিবা
মুংখিবা ঈবোইননা
ঙসি হায়বসিসু অমুক লৈরবোই
কোবৌহনবা নঙনা
ফম্বাল কাবা মিকুপতগী হৌবা
নোংমা কৌবা মতমসু
বোবৌ নঙনা থুপখিবা
নোংমা কৌবা নোংদা-তিনখিদুনা
পুম্নমক থুপচিনখিগনী,
তাইবং অমুক লৈররোই
কুম্মৈ অমুক উররোই
অসুম্না পুম্নমক লুপশিনবগা
ইরোয়ননা নবুংঙো ঐসু

অতিংকোক্‌ মরূ শিদবগী
য়াথং তুংইন্না
ঈরায় ঈনিলগা ঈরোইনন।
লৈচিন নোংফাইগী মরক্তা
তরঙ মালংদা তিনখির্নী ॥
অতিংকোক মরূ শিদবনা
তাইবং কুম্মৈ শান্ননিংলকপা
পূক্নিংনা অবেপপা লৈরক্লগা
মপূ মাগী য়াথং ॥
নবুংঙো ঐনা অমুক শাফোওলগনী
কোরৌহনবা নংবু শেম্লগনি।
ফরে হৌজিক্তি লেঙথং লো
নফম লাংদা ফমজরুবো
নংগী নথৌ তৌজরুবো
তাইবং কুম্মৈ শান্ননবা
অতিংকোক মরূ শিদবৈ
য়াথং মরম তুংইনন।
শল্লম মথং শিল্লুখিগে ॥ × × × ॥

চাংঙু শিদবনা অসিগী মথা তাবদা চীংঙু মাগী য়েৎথংবা হাকচাংদগী লাইনিংথৌ শোরারেল পুথোকলে, ওইদগীনা ইমা লৈমরেল শিদবী পুথোকলে। অদুগা অশিল হৈবুংচা, অপক কুবাংচল, তাইবং য়ুম্বালহল্লে, হৈজীং-হৈরাং চলহল্লে। মসিগী মথা তাবদা

চৈংঙ্ শিদবনা শকলোংনা ৷ অবং লাইপাউ লাউবিবক্র শোবাবেল লৈমরেল অসিনা প্রিং অমত্তা ওইনা ৷ তবং লাইপাউ অত্নু নাপ-চক্লঃ তাঙখি ॥

তাও তাও শোবাবেল
লৈমবেল শিদবী অনিমক
চৗংঙ্ খোইযন শিদবা ত্রৈনা
লাইবং কুম্মৈ শারগে
অচিক অশা খায়রগে
যাইবী পানবা শেমত্নুনা
পী-পা নাত্নুনা
চাদা-নাউদা লৈত্নুনা
কুম্মৈ মপ্র ফাহনগে
লাইবং ঈথক থ হনগে
পাথমা ন্নদা খন্দনা
অনম লৈশানবনপা
নম্নু ঙো ত্রৈনা
চেংলৌ শকথো, ওইনা ভান্দ্রবা
সনা কোনফু হা দ্রবা
কোবৌ না মদোন্দমী
মইাবেল ওইনা কুম্দুনা
তাইবংচা য়োইবেনবু ওইদ্রবা
অপামবদা সনা কোল্লৌ তুন্দ্রবদি

তাইবং কুম্মৈ শান্নবা
য়ারোইদৌরে তয়ুম;
চীংঙু থৌশিল সিগীদমক
থোইয়ূম লাংওন্দবা য়াদ্রেদো ইশানৌ,
চীংঙু থৌশিল কায়দনবা
লৌশিং নৌরা শৈদপাল
তাইবংদা শাফোংলগে
চফু অহিংবা অমা ইরাংলু ॥
ইরাংকদবা চফুদি
নবুংঙো ঐনা শিন্দনা
শেম-শারবনি তয়ুম
হুমনিস্নুনা ইরাংলু
পুক্লিং অনি লোঙদনা
খুবাং চাংজো চেপ্পা লোন
নবুংঙো ঐবু পুরুমজো
কোরৌ হুম্নি শুবদা
সনা মচুনা ফুদোংনা
থোইয়ুম শাফোংবিরগে ॥

লাউরক্লিবা তরঙ লাইপাউ অসিবু পুক্লিং চঙখোন্না তারগা লৈমরেল শোরারেল অনিনা পুক্লিং অমত্তা ওইনা চীংঙু শিদববু নিঙজদুনা চফু অহিংবা অমা ফংজখি। হায়রিবা চফু অহিংবা অসিবু ঈরাংখি। হুমিৎ হুম্নি স্নুনা ঈরাংলবদা চীংঙু

শিদবনা কুবিহুনা অঙাং অমা ওইনা শাফোংবিরকখি। অস্থুম্না মুমিৎ হুম্নি ঈরাৎলগা শাফোংবিরকই হায়বগী "হুম্নি শুবা অঙাং" হায়না কোলোয়নৈ।

সনা অহিংবগুম্না ফজে মচু হেল্লি, লংই হায়বগী ফুহিং-জনা মিংকৌনৈ। মুপা ওইবগী ফীভমদা শাফোংবী হায়বগী "পীবারেল" কৌই। মতু নাম্না নিংথিজে হায়বগী ভৌবরেলস্থু মিংথোল্লি। শনজিং ওইবা তরং মালং সিদগী ঈরায়-ঈনিলগা ঈরোইননা ফুজিল্লক্কুনা চফু অহিংব' মম্নুংদা ঈচায়রগা ঈখোম-তুনা অঙাংগী ফিভম ওইরকপগী শনজিং ফম্বাল মহীরেলস্থু কৌই। ঈরায়-ঈনিল মরক্তা মহী-মনিল য়াওনা লৈশিল্লক্কুনা চফু অহিংবদা হুমজিল্লকপদগী "ফুহিং সনা লাইজরেলস্থু কৌই। তরঙ-মালঙদগী লৈশ ফুদরকপনা অমদি অতিংকোক মরূ শিদ-বগী মতিক ময়াই য়াওনা চীংঙু খোইয়ুম শিদবনা শাফোংবি-রকপনা মায়চৌ কয়ানা অস্থুম্না শৈশক্লরম্মী।—

পোকলেন পোকপা
শাংলেন শাংপা
তরং হিরেল ওইরিবা
হৌফম শাংকম ওইরিবা
চঙফম-থুংফম ওইরিবা
পোকপা শিবা নাইড্রিবা
হুংনা নিম্না নওং ওইবা
তাইবংপানগী মপূনি × × × × —।

অসুম্না চীংঙ্গুনা শাফোংবিরবা মহাকপু "সনামহী" কোলোয়নহনা লৈমরেল-শোরারেল অনিনা মচা ওইনা য়োকচখি

অদুগা চীংঙ্গু ইবুংঙো খোইয়ূম শিদবা মহাক্না চফু অহিংবা মমুংদা শাফোংবীবদগী হৌদুনা লৈমরেলগী খুভম য়াবা কাদা লৈমরেল খুভমগী য়েংথংবদা ঈশাইফু হায়দুনা হৌজিক ফাওবা ইরাংনরিবসিবু সনামহী ইরাৎপা কৌই। অসিদগী অতিংকোক মরূ শিদবগী য়াথং মতুংইন্না শোরারেলনা সনামহীবু খোদা পীরে তাইবং মালেম শেয়ো হায়না॥ —

মপাবুংগী ময়াথং পুরদুনা
ফুহিংসনা পিবারেল
কোনসেং সনা পিবারেল
সনা মহী ঙৌবরেল
শনজিং ফম্বাল মহীরেল
চীংনা লেম্বা খোঙথাংদা
লেংথোরকলে সনামহী
চীংঙ্গু শিদবনা শায়োনবা
ঈপুরোই য়াথং তুংইন্না
তাইবং শেম্নগে হায়দুনা
তরুং শিন্না কোয়রক্লে
কোয়না লৈনা য়েংলকলে
তরঙসিদা নিঙতম্না
শন্না শিন্না পাইরম্বা

# লৈশেম-লোল

ঈশিং ঈনিল ঈরাইবু
কোয়না লৈনা লৈরম্বা
লৈচিন মখল মাপলবু
ঈনিল মখল তরেৎপু
কোয়না লৈনা তাশিল্লে
ওইদগী য়েত্তা লৈরক্লে
য়েৎতগী ওইনবু লৌরক্লে
পরিং লিশাং হুল্লকলে
কয়াৎ কারল লাকলক্লে
লৈশা মাপল শেমলক্লে
লৈশা মাপল অসিনা
কোরৌহনবগী (অকোয়বদা)
ওইদগী য়েত্তা লৈহুনা
কোরৌহনববু কোয়রক্লে
তরং-তাইবং শেমলক্লে
মালঙ-তাইবং পাল্লক্লে
লৈশেম মাপল সিদগী
খোয়দারবা লৈশেম অমা
মালেম কোলোয় মিংলেন-না
মালেম লৈশা ওইরক্লে
মালেম লৈশা শেমল্লক্লে
মেৎনা নৈনা তাহুনা
তাশিন খোমজিন তৌহুনা
মালেম লৈশেম্বা লোইখরে ॥

[সনামহীনা মালেম তাইবং শেম্নবা খোঙশানখ্রিবৈ মৎক অসিদা কোঙ্গীল তুথোকপা পোকখি অমস্তুং ময়ামবুং সনামহীগি খোঙ-গুল লাখি। সনামহীবু থেংনরবা মতমদা ময়ামবুংগী থবক্তা তেংবাঙবগী মহুৎতা অপনবা পীখি। মদুনা সনামহীদা য়াম্না খুলৌ-পলৌহনখি। মদু উবদা লাইনিংথৌ শোরাবেলনা মাগী ওই থংবা পাঙ্গোমদগী ল্যুই-মুরা তবেং পুথোকখি. অমস্তুং লাইমুবা তরেংকী মশক মতৌ চঙথোনবদু উবদ। মখোয়গী মনাক্তা চঙদুনা লাই-মুবা তবেং অতুগা শান্নবদুনা লৈখি। (মরক-সিদা) মরকসিদা সনামহীনা মালেম শেম্বা লোইখি।]

# "মিতম-লোল"

মালেম লৈশেম্বা লোইরবদা লাইনিংথৌ সনামহীনা চীংঙু শিদবগী মফমদা হুংগৎলে। চীংঙু মানা কুবিরে অমস্তুং য়াইবী পানবা খুদিংবু শেম্নবা থৌদাং পীবিরে। সনামহীনা মপুগী য়াথং কোক্তা-থোং তাইবং য়াইবী পানবা শেম্নবা খোঙশান্দোরকলি ॥ —

সনামহীনা পীকপ্রবা
লৈঙোই মরিক অমগী
মাপল থোকপগী শরুক
অমথকস্থু য়ৌনা চাউদ্রবা

মিংনা উবা ঙমদবা
লম য়ৌনা পীকপ্রবা
পাম্বীসিং খাংঙানী
হায়বদা চম্মরবা
শা-মরক ঙা-মরক ওইরবা
য়াইবী পানবা কয়া
মথং মথং শেম্লকপনা
কংফাল ঈশিং পুন্না
হিংবা ওম্বা হৌঙৈইগী
কাংবুদগীনা য়োং ফাওবগী
থাক য়ৌনা শেম্লগা
পূন্নমকসি উরবদি
চাঁংঙু মানা পেনবিরগনি
তাইবং কুম্মৈ ওইব'নী
অসুম্না খল্লদুনা
শিদবা মপূগী মফমদা কৎলরে॥

লাইনিংথৌ সনামহীনা শেমলিবা য়াইবী পানবা ময়ামদু য়েংলগা লাইনিংথৌ সনামহীবু শোরারেম্লনা প নি ।

মসিগী মতুংদা শোরারেলনা মথাং তাবিরকখি—

সনামহী নহাক্না শেম্লিবা য়াইবী পানবা খুদিংমক য়েংবদদি মিংকী কুম্মৈ ওইরে। অদুমকপু মসিনা তাইবং কুম্মৈ মপুং ফাহনবদি য়ারোইদৌরি। মসিদগী হেনবা অতৈ য়াইবী

পানবা শেম্বা ঙমদ্রবরা ? অস্নুম্না শোরারেলনা হংবীরক্লবদা সনামহীনা মহাক্কী উপাই লৈতবহু হংগংচখি। মতৌ অদু উবদা শোরারেলনা কুবিরহুনা মাগী মমি য়েংনা য়াইবী পানবা শেম্মো 'তাকপিরবদা সনামহীস্থ হরাওজ্বখি। শোরারেলগী য়াথং তুংইন্না শোরারেলগী মমি য়েংহুনা মমিগী মওংহু লৌ-হুনা য়াইবী পানবা কয়া মথং মথং ( অমগী মথংদা অমা ) শেমগ্রেক্ল মথোয়শিং অসিনা তোঙান তোঙানবা মালেমসিগী মচি মচিদা তাহুনা খুনবান লৈপানহুদা লৈহনখি। তোঙান তোঙানবা ফুরুপশিং অসিগী তোঙান তোঙানবা লোলস্থ সনা-মহীনা তমবিখী অমস্থং ময়েক মশোন পাবিখি। পুম্নমক অসি উবদা লাইনিংথৌ শোরারেলস্থ পেনবগী ঙমখৈ লৈখিদে।

# কোঞ্জিলে তুখোকপা স্না ফম্বালে কাবা

লাইনিংথৌ শোরারেলনা মচা অনিবু কৌশিল্লগা নোংখোঙ কোয়বা ঙম্বা অমদি কোয়রুরগা মপা পম্ভৌ শোরারেলগী স্না ফাংখোং হান্না পায়রবা অহুদা ফম্বাল কাহনগনি তাইবংগী নিংথৌ ওইহনগনী হায়না তাকপিখী। অহুদগী পুক্লিং তুজুং হরাওনা সনামহী লেংথোরক্রে। মশানা শেমখিবা মালেম ওইবনা, মশানা শেমখিবা লৈশা মাপল ওইবনা মহাক্কা নোং-খোঙ কোয়রবুদি লুনা রানা থোকখিদে।

মতৌ অসি উবদা শানৌ কোঞ্জিল তুথোকপা নোংজাদা (কোরৌ শেম্লবা মতুংদা) পোকচবা (পাখংবা) মনাওভোন ওইবা মহাক্কী অঙান চেংলৌ ঈকায়হুনা মিংলু পিরাং তরং হৌনা তেংবানবগী পলেম ওইরিবী কোঞ্জিলগা মাবু পোকচবী লৈমরেল শিদবী মকাদা কপচরুরে তেংথা নাওইনা। পাঙ্গল শোনবা ওইবনা শমু মঙম শান্দবনা নোংখোঙ কোয়বা ঙমলোইদোরে সিনা মরম ওইবনা মনাও ওইবা মহাক্কী ফমবাল কাবা তাইবং নিংথৌ ওইবা ওইথোকত্রে হায়না পলেম মকাদা পাউদমলুরে। লৈমরেল শিদবী লৈশিরেলগী মমা পলেম ওইবীনা মপারি মতৌ উবদা পায়মন্নুংদা ঙ্গুংওনশ্রে নথাম্নুংদা কোনবিদুনা মপারিবু নাউথেমবিখরেঃ—

প.রী খোমদোন অভোনবা
পায়মা করিগী ঙ্গুংশুরুবনো
রারম করিগী খোয়মা থন্নুং থিৎপনো
পলেম নমাদা ঈরমফাং
ঈরম পাউদমলক্লোনে॥

পলেম মমাগী য়ান্না মপাউ তাবদা পুক্কিং তুজুং হরাওনা পলেম চেংলৌ য়েংহুনা পম্থৌ য়ান্না পাউহোমজে। পলেম পুকচেল খোয়জেল অতপ্পী, নপারি ঐদি চাউদবা শাম্মা পাঙ্গল লৈতবা শামু শারেপ ফাদবনা, পলেম খোমাদান ওইবনা ঈশাবী মাগী মতুং ইনবম্নু ঙমজহৌদ্রে। নোংখোঙ কোয়বা হানবদা মরু লেমফু খঙবদা পম্থৌ ফম্বাল কাহনগনী তাকপিগ্রবনীনা, ঈশাবী

পাঙ্গল চাউবদি নোংখোঙ কোয়বা ঙমখ্রগনী। মহাক্না পন্থৌ ফম্বাল ফংলগনী। নপান্নী চাউদবা খোমদোন লংবা ঐহাক্তি মাল্লং ফেনচংনরনী। অস্মুন্না পলেম মমাদা পাগঙবনা মতেক ওইবা খোম্থাংদ পলেম মকাদা গাউদমজখি। মচাগী পাউদম তারগা পলেম মমা অতপ্পী তেংবান মমা ওইবীনা পাখঙবদা নাপচিক্লা মপাউ মেনবিরকখা।

পান্নী খোমদোন অতোনবা
পায়মা করি ক্লংবঙনা
খোয়মা করিগী হীকহীক্লবনো ?
কোরৌ নোংখোঙ কোয়বা
ঙম্নবগী মন্নমবু
চিৎথবং কৌবা লৈতনা
ঐনা লোইনা হীরমস্থনা তাক্কনী
মরিক চুম্না হায়গনী
পন্থৌ নপা নোংদম্বা
তেংবানবা শেম্বা মহাক্নী
পূম্নমক্কী হৌফম লোইফমস্থু
লৈবা খিবিক তিনফমস্থু
লেংলি পাল্লিবা খুদিংগী
চঙফম থুংফমস্থু মহাক্নী
পন্থৌ ফাংখোঙ নীংথিবা
মমিং লীশিং লখা ওই

পাম্বোম ঃংস্থ থীঙমদা
ফাল্লুক ফালু য়াম্লবা
পম্হৌ মাগী ফাংখোঙবু
তরেৎলক সুনা কোয়রবদি
নোংখোঙ কোয়বা পাংখক্নী ॥

অসুম হায়না ঈমা লৈমরেল শিদবীনা পাংঙববু নোংখোঙ কোয়বা ঙম্নবা অশম্বা লম্বী তাকপিরে অরায়বা উপাই পীবিরে। পলেম মমাগী থুপ্লবা পাউমেন অসি তাজবদা উনবী পুক্লিং মরাঙ হৌনা। হরাও মথোই কারদুনা পলেম নাক্তগী হৌগৎ-লক্লে। মপা পম্হৌগী সনা ফানখোঙ মায়কৈ তম্না খোঙকাপ কামজাউ হুল্লদুনা খোঙলৈ থুনা চংখরে। মঙালনা ঙম্না ঙাননাইবা চীংঙু মতিক লৈরবা ফানখোঙ নাক্তা চঙদুনা পম্হৌ ফানখোঙ কোয়খরে। তরেৎলকপু কোয়রগা নোংদম নোংখাই তমলিবা য়াইবীরেলদি শিদবা লাইনিংথৌ শোরারেলগী খুয়াখাদা লুক্ন না চঙজদুনা পুরুমজখরে পাখঙবা॥ মতৌ অদু উবদা শোরারেল অঙকপা পোকখি। অমদি মপারীগী মতৌদু উবদা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈখরে। অদুদগী মমা লৈমরেন শিদবীগী থৌইনশিননী খঙখি। অদুবু হায়দোকপ্রবা ব্রা ঙাক্তবা য়াদবনা পাখঙববু ফম্বাল কাহল্লে। অসুম্নদি ঙইরবদা সনামহীনা হঞ্জি-ল্লকপদা (নোংখোঙ কোয়রুরগা) অসিগুম্বা পূকচেল খোয়বা অচান মীরায় নাইবগী থৌদৌ অসিদা লাল অমদি থোক্লবা তারে হায়বগী চিংনবা মিপাইবদি পোকখি।

অদুবু পুন্নমক খন্না খন্না পাখঙবদা ফবাল কাহল্লগা তইাবং নিংথৌ হাপলল্লগা শকলোংননা থুপত্নুনা লৈখ্রে। মতৌ অসুম তৌরিঙৈদা খোইয়ুন চীংঙু পাঙ্গনবা লাইনিংথৌ সনামহী নোংখোঙ কোয়বা লোইখরে। নোংখোঙ কোয়বা খোঙশানখিবা অমসুং কোয়রুরগা থুংলবা মফম অদুবু "রারোইপুঙদি লংদাই পুঙ" অসুম হায়না কৌখি। পুঙ অসিদা লেপত্নুনা কংলৈ পাংনা য়েংলকপদা মশানোদি মখমতোন মুমিৎ সনা অতোনবা পাখঙবনা পন্থৌ ফানখোঙ মথক্তা খোইয়ুম মঙাল নাইজরা পন্থৌ মশেক মঙাল ফং চেংলৌ মাইখোঙ হেঞ্জনা লৈজববু উরকলে চংলম অসি উবদা খোইয়ুম চীংঙু লাইনিংথৌ খোয়বা খোয়জিল খোয়বুংথিৎ মাইখোঙ মিংফম কোরিহৌ শাউবগী পনখৈ থেংখরে। উনবি কামজাউ মরাঙহৌ মতু তুবুম খচু-চুং তুংলম-চংলম নাইরবা থকসি নারেং থাংলবা পূকচেল খোয়বা থৌদৌ অসি উবদা রায়েল মতিক পীরগে পায়মা মুংদা খনখরে। খোঙকাপ কামজাউ হুন্দূনা কংলৈপুঙবু তমলক্লে। সনামহীগী নতৌবু উবদা চীংঙু শোরারেল উনবি পূক্লিং তথক্লখরে। করমনো করি থোক্লগব। অসুম্নবু খনখরে। মুমিৎ সনা অতোনবা মপা খঙবা পাখঙবা লৈমরেল থৌজাল লৈরবা করম্নদি তৌগবা অসুম হায়না থরকহুন মিহুল চেনগুম চেনগাননা য়েংহুনবু লৈরকলে। সনামহীগী খোংথাং উবদা পায়মা কোকশি মশোংক্সা মিংথৈ মোইকা তুকথনা পন্থৌ ফানখোঙ থাদোক্লুনা চেন্নবা থৌরাং তৌরকলে। পুন্নমকসি উরবদা পাখংববু শোয়বা

তারে হায়ন্থুনা অত্থুডৈ সনাসহীনা মালেম লৈশেমডৌদা পাখঙবগা থেংনখিবা শোরারেলগী ওইথংবা পাম্মোমদগী নুরা ওইনা তকথরগা নাম্থরগা ওইখিবা লাইনুরা ভবেৎ অদুনা চোংথোরকতুনা পাখঙববু কোয়শিন্দুনা থমখি। অদুগা পাউরৌ ওইনা ঈশৈ শক্তুনা সনামহীবু ফাথখি। সনা তাইবংগী অহানবা ঈশৈ শৈহৌনী॥

শঙ শঙ শঙদ্রোফা
শঙদ্রে লেনৌ শঙদ্রোপা
রাইনৌ শরা রাইসে
লাংমৈ রাইরা রাইনৌসে
কে-ক্রে-কে-কে মো-মো
য়াংগোই শেনবা শ্যাও শ্যাও
তোকপগা কাম্বগা
কৈগা য়েনগা হৌ-হা
রাইনৌসে রাইনৌসে
চরা লাংমৈ (লাংমৈ) রাইনৌসে
তাইবং তরং পানবদা
লৈশেম মপান থারিডৈ
য়াইবী মউ লিংবদা
চীংউ থোদা তুংইন্না
নোংখোঙ কোয়বা চৎলুদা
য়েনখোং ফত্তবা খোংবদি
য়েনখোং ফত্তে চাশিল্লু

লাইগী য়েম্নি লাংখিম্নু
ৱাইনৌসে ৱাইনৌসে
চরা লাংমৈ ৱাইনৌসে
পলেম মাবু নিঙজবা
পলেম খোঁজাল লৈবনা
মপা মশক খঙবনা
নোংথৈ, মউ লিংবনী
শনরিক মপাল থাবনী
সে-সে ৱাইনৌসে
চরা লাংমৈ ৱাইনৌসে॥

অম্মুম হায়না শৈরাউনা খোইয়ুম মাবু নমথৎলি, সনামহী মাবু লম্থিংখী। পাখঙবা মাবু কনবদ্দা খোইয়ুম খোয়দৌ থিৎখরে সনামহী শাউবদা লোইখরে।

# সনামহী নাউথেম

সনামহীনা শাউবা মহন্দ্রবদা শোরারেল চোংথোরক্লে। অদগা সনামহীবু নাউথেমলক্লে।

পারীহল নঙবু শাউখিম্নু
পায়মা পুক্লিং তপথখো
পুক্লিং খেগুম লাংখিম্নু

রাখল পরৈ লাকখোনে
পম্ভোগীয়ারাসি তাখোনে
নাইমু কিশি থাংখিমু
থমুং কিশি থোকখোনে
লিংজেল হারা খাখিমু
শাউনিং লখা লৈনস্থ
তকলৌ শিদং শোন্দুনা
মালেম লৈন্দা খোঙথিনবা
পায়মা তনিক তনিক্না
খোইয়ুম মিৎকম মিৎচোইনা
নিংশা খাম্বী মৈওইনা
নাশি লাইমা থাংখিমু

অসি ফাওবা (হায়নস্থ) হায়দুনমু হনবা কোবা লৈখিদ্রে। পাউরৌ তৌনা হায়রকখি।

লিরোল পাউরৌ শৈশক্না
ঈশানোদি কোঞ্জিলনা
য়াইবি থেলোং হাপতুনা
থকশি কারল নাহুইনা
লৌনম লীচং থক্কুনা
ঈশানোদা লনকুবা

নোংথৌথকী ফম্বাল্লাং
ঈশানৌ কাদা পীখিবা
চেংলৌ শক্তম তয়ালগুম
খোয়বুং থিংলোইদবা লৈবক্না

সিগী মখা তাবদা শোৱারেলনা পায়মা থরুক্লনা খঞ্জখি করি করম তৌরগা পারিহলবু থেমশিবা অসুম্না খঞ্জনরম্বদগী মখা তানা থেমলকখি।

মীওইববু শেম্বীবা
য়াইবী পানববু শেম্বীবা
য়াইফ মুঙাই পীবিবা
শিদ মপাল্ল থাবিবা
নাদ মউ লিংবিবা
নোংখোঙ কোয়বা অঙম্বা
হৌফম শাংফম ওইরিবা
চঙফম থুংফম ওইরিবা
পোকপা শিবা নাইদ্রিবা
কোনশেং সনা পিবারেল
ফুহিং সনা লাইজরেল
য়াইবী কোনগী মপুধৌ
তাইবংপানবা শেম্বীবা
মালেম লৈশেমবা মপুও
নঙনা শেম্বা তাইবংবু

নঙনা মাঙহনগে থৌরাংগন্নু
ঐনা নঙবু য়োকচবনী
পারী হায়না মিংগোবনী
পারী নঙনা খোইদৌথিংনা
পায়মা নার্শি থাংনা
লৌথি মকায় ফোংলবদি
তাইবং করম খাঙগনি
সনাহল নঙবু তপথখো
পারীহল নঙবু ঙাইখোনে
সনামহী নঙবু হাথিন্নু
ঈপাগী ব্রাস্থ মতাখোঁ ॥
তুরিক তুহাও পূম্বদা
মালেম শকপূ শেমহনা
মালেমসিবু শেমলিবা
চীংঙু ওইবা নহাক্না
অতিংকোক্কী মতিক লৈবনা
মাঙহল্লগেবু খনবদা
তাহল্লগেবু নীংবদা
মালেম মথক মখাওল
তরঙলক্তা লংথখিনবা
খোইয়ুমন্নুংদা খন্দুনা
থৌরাং তন্না তৌবদা

থিংঙমদৌবা লৈভেদে:
পাম্নি নঙবু ভাইখোনে
ঈপাগী ম্নাসি তাখোনে
য়াম্না ইপাউ মেনবসি
খোইয়ুম লৌদবা তৌগন্নু

অসি ফনা হায়রবদস্মু ভাবা কৌবা লৈখিদ্রে। অদুগী শরুক্তা মালেম খোঙথিম্নদুনা মালেম চেপখৎলক্লে, অম্নাংদগী খাম্নো মদা। পুম্নমকসি উবদা শোম্নাম্নেলনা মচাগুম্না য়োকপদগী মচা অহলগুম্না থন্দুনা "পাম্নীহল পাম্নী" মিংগৌনরুবদে ম্নাখল ম্লিশাং থারুবনা মাগী মতিক ময়ায়বু য়ৌনা থাদুনা মখৈ ফং-হনদবদগী শাওবগী মৈম্নি হন্দবনী খঙখি। অদুদগী মাগী মখৈ ফংননবা ম্নাম্নী লীথুন লীত্নুনা সনামহীবু নাওথেমলক্লে।

পাম্নী ইবুংঙো নহাক্কী
নপাদগীস্নু হনবনী
নপাদগীস্নু মথক্নী
অতিংকোক মরূ শিদবা
ঈপূরোইদি শিদবনা
চফু অহিংবা মনুংদা
কোম্নৌ হুম্নি ঈরাংনা
খোয়ুম শাফোংবীবনি

## নৈশেম-শোল

ঐস্থু নঙনা শেমবনী
নৈমরেলস্থু নঙগী খুৎশেম্মী
মালেম তাইবং পানবগী
থরায় পানবা পান্দবা
অচৎ-চৎতা য়াইবীপান
তাইবং কুম্মৈ ওইরিবা
পুম্নমক নঙগি খুৎশেম্মি
নঙবু ঈচাগুম য়োকচহন
খোইয়ুম নঙনা শাফোংবী
তাইবং কূম্মৈ শেম্বদা
কুম্মৈ মপুং ফানবা
খোয়ুম নঙগী (খুৎশেম্মী) থৌশিলনী
নঙগী থৌরম থৌশিল তুংইন্ন
শোরারেল ঐনা পম্থোশা
নঙবু নরাগুম নাউথেম্মা
নঙবু নঙনা খঙনবা
নঙগি থৌশিল ইনবনী
তাইবং নোংশা পাল্লগা
তাইবং য়ুমবুম খুদিংদা
য়ুমগী নিংথৌ ওইহনা
তাইবং লমজিঙ ওইদৌনী
নঙনা শেম্বা মালেমদবু

নঙনা নিংথৌ ওইদনা
কনানা নিংথৌ ওইগনী
ননাউ কোঞ্জিল অভোনবা
নশানে ওইবা মহাক্তী
কংল ! ফম্বালত্তবু কাবনী
কংলা ফম্বালত্তবু লাংজবনী
অহুগী মরমগীদমক
কিশি পরৈ লাকপদি
খোইয়ুম হৌনদেদনা
তাইবং য়াইবী পানবা খুদিং
শেনবী থরায় ওইবা খুদিংগী
নঙনা মপু ওইবনি
নঙনা শেম্বা তাইবংবু
নঙনা ঙাক-শেন্দনা
কনানা ঙাক-শেনবীগদগে ?
নঙনা নঙবু কাউরবরা
খোইয়ুম পুক্নিং তপথৌ-ও
মনাওনা তাইবং খুনাইগী নিংথৌ ওই
মহাক্না পুন্নমক্কী নিংথৌ ওই
ননাওবুস্তু নঙনা য়েংশিন্না
ঙাক-শেনবী তৌদৌনী
নঙনা খাম্বী মৈবাহৌ

খোইয়ুম খোইমা খোইথিৎনরগা
ভাইবং করম পানুগনী
খুনাই করম লিংগনী
অশাওবা পূম্নমক ফাজিন্না
নহনফমদা হন্থরো
নাঙেফমদা ঙেথরো
ভাইবং ঙাকশেন্দুনা
নচিল-ননাউ পালহৌরো
খোইয়ুম ঐদি নঙগি
থৌশিল য়েংনা চৎপনী
পূম্নমক ঈপুরোই মাগী মতিক্কী
ঈপুরোই মাগী ময়াইদি
থাবগী লোইবা নাইদেদো
ঈচা ওইনা য়োকচবনা
চাংঙ্ মাগী মপাশক
মপন-পন্থৌ ওইহনা
খোইয়ূম নঙবু নাউকোনবা
ঈপুরোই মাগী থোশিলগী
মতাং মতম লোইরকপনা
চাঁংঙ্ নঙব্ নাউয়োকপা
ঈভিক ইপা ওইরকত্রে
পারিগুম্না কোঞ্জবা

ঈচাগুম্না খঙ্জবা
পারী অহল মিংগৌজবা
খোইয়ুম মতাং থোকত্রেদো
পম্থৌ শক্লমলবস্থু
ননাই শক্লা পুরুমজে
চীংঙু থৌশিল কায়দনা
খোইয়ুম নশেনথোক্লি শেনবিয়ু
নঙাকথোক্লি ঙাকপিয়ু
নখুং শেমগী তাইবংপান
নতীকথোক্লা ঙাকহৌরো
নয়াই থোক্লা শেলহৌরো
নদাইরেম্বা ঐহাক্তী
খোইয়ুম থুপচানখ্রগে
হয়েং চকপরোলনা লাক্লগা
নথমত্তোন কোঞ্জিল তুথোকপনা
ঈথাং মথাং য়ৈথরক
নিংথৌ মরোল নাইরক্লগা
চীংঙু ময়াই কাউরকপা
ঈপুরোই মাগী মতিক্তী
খঙবগী লোইবা নাইদেদো
পারী নঙগী নশকস্থু
ঈপুরোই মাগী মশক্লী

ঈপুরোই মাগী থৌজালনা
নঙগি মশক ওইবনী
নঙগি নশক লেপ্পনী
ঈপুরোই মাগী থৌশিলদি
মথল মথেল কয়াগী
থৌরম থূদিং কায়দনা
পাঙবা তৌবা য়ানবা
মপু মাগী ময়াথং
মপু মাগী লীকলমবু
থৌশিল থৌদা মরমবু
পরিং লিশাং কায়দনবা
খোইয়ুম মাগী মতিক্লা
শোরারেল ঐবু পুথোকপা
শোরারেল ঐবু পোকপিবা
মপূ মাবু নিংজবৈ
লীকলম পরিং কায়দবৈ
মপুগী থৌজাল ফংহুনা
অতিংকোক মরূ মহাক্লা
খোইয়ুম শাফোংবীদুনা
চফু অহিংবা মনুংদা
খোইয়ুম মতিক উত্তুনা
মঙাল ময়ায় ফুদোক্লা

ইচা ওইনা পীবিবা
খোইয়ুম মতিক থওইরক্ত্রবদা
সিগুম্বা কাংলুপ খুদিংগী
খুনাই ফুরুপ খুদিংদ:
মতাং তাংলৌ চানবু
মতিক লৈবা মাইচৌ ওইনা
লাংওন শায়োন তৌরগে ॥

অস্মুম্না সনা মহিবু নাউথেম্লগা ঈপুরোইগী থৌশিল লাংলা কাওলম্লগা থুপখরে ॥ × × × × × । শোরারেলগী মরীক চুম্লবা নাউথেমদা সনা মহী মখৈ ফংলহুনা পেঞ্জখি। অহুম্নদি ওইরগা মকনথোক্না শাউরুবা নিংঙাই মতিক থেকলুবা মশানা মশাবু কাউরুবগী শোরারেলগী পাউখোংদা মরীক চুম্না হায়খিবহুদা সনামহী মপান থোক্না শাউরুবগী মথনমতা ইকায়জবা পোকচখি। শোরারেলগী নাউথেম মতুংদা মশানা মশাবু খঙহুনা তাইবং (য়ুমবুম) য়ুমবুম খুদিংদা চঙহুনা পাখঙবগী ঈথাং য়ৈথরক্লবা সলাই য়েক মচাশিংনী সঙ্গাই য়ুম চীৎথরম্বা লৈতনা তাইবং য়াইবী পানবা খুদিংনী য়ুমবুম তিংনা চঙহুনা তাইবং নিংথৌ ওইবিখী, তাইবং য়ুমজংবিখীয়ে।

## য়েক-শলাই পোকপা

লাইনিংথৌ সনামহীনা তাইবং মী (শোরারেলগী মমি লৌতুনা) শেমখিবদু ফুরুপ কয়া থোক্লা শেমখি। হায়রিবা ফুরুপ শিংশিবু সূপ্না শরোই হায়না খঙনখি। মখোয়না হরাও তয়াম-দুনা লৈবদগী সনামহীনা অৱাবা মশক খঙহনগে হায়দুনা চীংদা মান্দা লৈকুৎ লৈরায়দা লৈহনখি। অসূম্না অস্তুম লৈরকপদগী চীংগী হায়না খঙনখি। ফুরুপ ফয়ামরুমশিগী মন্নংদগী অমখক্তা (ফুরুপ খুদিংমক তোঙান তোঙান খুৎনাই লিংতুনা খুনবান লৈ-পানরম্মী।) মপু মাগী মতীকময়াই ওক্লা লুনা নাংদুনা সনামহী মাবু ইন্নাংচখি। সনামহীনা তাইবং য়ুমজংবগী ৱারি লিখুন পূম্নমক ঈপুরোইগী থৌজালদগী মপু মাবু নীংজবা পুক্নিং অরেপ্পা লৈরকপনা শিংনা লোইনা খঙজখি। কয়াৎ চুয়া শাদুনা স্না শঙ্গায় লিংদুনা সনামহী খুভম য়াজখি। মনীং থংবা, নোংচুপ থংবা ইরোম লোম্বা কাদুগী খা থংবা কাচিন্দা মোইরাং লাইজি পাংবা অদুদা সনামহী মাবু ইরাৎখি। কাচিন ওইবা কাদা লাই ওইবা চীংডু খোইয়ুম মতীক লৈবা ঈপুরোইনা শায়োনবা মপু মাবু ইন্নাংলি হায়দুনা সনামহীবু "**কাচিন কা লাই**" হায়না খঙনখি। মমৈথঙদা "**কচিং করায়**" হায়না কোলোয়নখি। হায়রিবা মপুগী হান্না মঙাল ফংজবা, হান্না খোঙ্গুল, মপুগী লিখুন ফংই হায়বদগী তাংখুল হায়না খঙনখি। অসিগী মতুং তাবদা তাংখুল, খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনিনা তাইরং মপু মাগী থৌজালদগী য়াইফৰবা পুংফমদা চন্নু অমা মচা ওইনা ফংজখি। মচা অুপী অসি খোইয়ুম মতীক লৈবা মচানী। মচা অসিগী মমিংদি কাংখল

লৈমা পীথাইন্নু কৌই। মহাক্না মপুং মরৈ ফারকপা মতমদা পাখণ্ডলনা মাগী ওইগী ফম্বাল লাংনবা লৈমরেল ফমথোল হাপ্লীখি। অম্মুম্না পাখণ্ডবগী ওইদা ভান্দনা তাইবংগী মমা ওই-বীখি। পাখণ্ডবগী মঙালনা ফমদিন্নবগী মতৈ ওইনা পীথাইন্নু লৈমরেলনা ( তাইবংগী অহানবা নিংথৌগী লৈমা অহানবা ) মচা পিবা ওইনা (য়েংকী লম্নদাং ভহাক্তা) তবেং মথং মথং পোকচখি। মমিংনা মঙাং, লুরাং, খুমন অঙোম মোইবাং, খাবা ভানবা অমস্নু চেংলৈ হায়না কৌই। পাখণ্ডবা লৈমরেল অনীনা মখোয়গী চাদা নাউদানী হায়বা তুং-ফাওবা খঙহৌনবা মচা তবেং অসিগী মমিংবু মীগা লাইগা তৈনরগা, য়ুমবাল্লগা পোকপা মচাশিং মীগা লাইগা তৈনবা "মীতৈ" হায়না কৌখি। মীতৈ পোকপা পোকপীনি হায়তুনা হৌজিক ফাওবা মীতৈ অহল লমন্না পাখণ্ডববু ঈবুধৌ অহুগা পীথাইন্নুবু ঈবেনধৌ হায়না কৌনরি। তাইবং তুংলমচৎতা চৎকদবা অচুম্বা অফবা লিচৎ শাজংপু ঈবেনধৌনা মবীক চুম্না থমবিরম্মী। মায়চৌশি না ঈবেনধৌগী পাউত্নাকপু ঈবাংতুনা থম্বিরম্মী।

তাইবংপানবগী মপু ওইদুনা কংলা অসিদা পাখণ্ডবা ফম্বাল লাংদুনা লৈখি। কংলা পূঙ অসিবু মপুগী লৈফম্মী হায়বা খঙনবা চৌংলোন মাপল খাজিন্দুনা থমবিরম্মী। হান্না তাইবং পূন্নমক লৈশেম মাপলমক্কী মপু ওইনা শোরাবেলনা লৈবিঙৈ, লৈমরেল ওইনা (লাইগীস্নু মীগীস্নু) শিদবীনা লৈঙৈদা (লৈঙৈদা) শোরাবেল লৈমরেলনা যম্নমবা কংলৈপূঙ অসিদা শোরাবেলনা থমবীরম্মী। হান্নদি ফম্বাল অসি তরঙদা লৈরম্মী। সনা মহীনা লৈশেম্বা

ম্লাইবী পানবা শেম্বা লোইরবা তুংদা নোংখোঙ কোয়বা ঙম্বদা ফম্বাল শিন্নরমগে হায়রুনা ফম্বাল অসি কংলৈপুঙগী পুঙ ময়োন কংলাদা পুরকখি ফম্বালসিবু কোয়রগা পাখঙবনা নোংখোঙ কোয়বা শক্তুনা ফম্বাল কাখিরনী। ফম্বাল কাবা মতমদা মালেমগী ময়োন ওইবা পুঙ (কংলৈপাক) অসিদা লৈপাক মপুগী লৈফম (কোন্নুং) ওইখিবা কংলৈপুঙ অসিমক মপুগী লৈকোননী লৈ-কোয়ন্নুং ওইবনা সনামহী শেম্বা শরোই অমত্তা তাইবং মী অমত্তা লাইগী মপুগী কোন্নুং কংলা সিনা চঙহনদে। কোন্নুং ওইবা কংলৈপুঙগী চীংলোন মাপনগী ৱাংমদা মালেমগী লাইজ কংবা অতোংবদা, চাংওইবা মফমদা মচি মচি খুদিংদা ফুরুপ ফুরুপ খুনবান লৈপানহুনা খুন্দাহুনা লৈখি। ফুরুপ কয়াশিদগী মপুগী মঙাল ফংবা হানবা তাংখুল হায়বা কাংবু অসি সনামহীনা তাইবং মী শেম্বদা ফুরুপ কয়া শেমখিবগী মন্নুংদা ইহান হানবা ফুরুপনী মালেমগী লৈমায়গী শকফমদি মতুংদা তোয়না হোংলকখি। মতমসিদগী চহী লিশিং লাক কয়াগী তুংদা হীমালয়দি ঈরোনন্নুং-দগী ফাওগৎলকখিবনী। হৌজিক্কী হঙ্গৎনা থীরবদি হীমালয়দি ঈরোনন্নুদগী ফাওগৎলকপা চহী লাক তরুক্তা মঙাইরী। অদুগা কৌব্রু চীংদি পাখঙবনা ফম্বাল কাবা মতম অসিদা লৈরে। হনজিং চীংমৈ হায়বা চীং অসিসু কৌব্রু চীংগী মশার্ন লাংগোল চীংসু কৌব্রু চীংগী মশানী। হনজিং চীংনা পাঙ্গৈ পাংবরোমদা হায়থবা চীংশানা চীংঙারেলনা শম্নবনি লাঙগোলনা লমফেল পাংকী ঞৱাংথংবা চিদাইদা লাপনা শা না কাপথ্রিবশিনী। কৌব্রু চীং অসিগী মচি অমদা চীঙয়াঙ হেন্না কাবগা ঙাগী শরু অমা

ফংখিরকু Archeologist ( ARCHOELOGIST ) শিংগী চাংয়েংদবদা চহী মিলিয়ন হুমফু (৬০) রোম শুরে হায়রি।

সনামহীনা তাইবং ফুরুপ কয়ামরুম শেমখিবগী মসুংদা ইহান হান্না খুনাই লিংবা কাংবু অসি কাছারদা লৈরম্মা। মখোয়না তাইবং মপুগী মঙাল ফংবা হানবদগী তাংখুল কোথি। মখোয়গী খুল্লাকপগী মচাবু পাখঙবগী লৈমা ওইনা হাপখিবদগী মখোয় পুররকবা পাঙ্গে ময়াদা লৈবা হনজিং চৌংমৈ হায়বা অসিদা খুনতাহনখি। অতুদগী পাখঙবগী মচা তরেং অতুসু খুনসিগী নিঙোল অমমম লোটুনা কৌরু চা-খোঙদা অহানবা ওংনা পাখঙবনা শিন্দুনা খুনতাহনখি।

অসিদগী মীতৈ খুনাই থোকপা হৌখি হায়বগী "পোইরৈতোন খুণ্থোকপা" হায়দুনা হৌজিক কাওবা লৈরি। সনামহী অহানবা শেমখিবা মীওইবগী ফুরুপশিং অদুবু 'শরোই' হায়না খঙনৈ। সনামহীনা লৈরিক অমগী শরুক কয়ামরুম থোক্না খায়দোকপগী মরিক অমথকসু য়োন' চাউরবা য়াইবী পানবদগী শেমলকপসিনা অচংচত্তা উপাল য়াপাল, উচেক, য়ায়া, শাঙা শেম্বা ইরোই রোইনা, শাবা য়াইবী পানবনা হায়দুনা শালোয় হায়বদগী শরোই হায়না কৌখিবনী। অদুগা শোরারেলনা ওইথবা পামবোমদগী মুরা ওইনা পুখোরক্লগা শেমখিবা লাই মুরা তরেংথক পুখোকতুনা পাখঙবা শান্নহনখিবা অমদি ফম্বাল কাবা মতমদা ক্রে; ক্রে, চোংখিবা লুইমুরা তরেং অসিনা ইহান হান্না শেমখিবা অদুগা অহানবা মচিনভৈদা সনামহীনা মালেম শেমভৈদা ইহান হান্না উনখিবা অদুগা ফম্বাল কাবা মতমদা

ইরোই লোইবা ওইনা উনখিবা লাইহুরা শোরারেলনা পাখণ্ডবগী মনাই ( মৌনাইহুপী) ওইনবা শেমখি হায়হুনা শুপ্না হেল্লোই তরেং হায়না খঙনখি। তরেংসিগী মমিং মথংশিংনা

(১) পুকশি খোম্বী
(২) খোজাও ঙম্বী
(৩) তালি লৈমা
(৪) পিথেং লৈমা
(৫) হুইমু লৈমা
(৬) শিলৈমা
(৭) চেংলৈমা অসিনী।

কৌব্রু চীংখোঙদা তারিবা পাখণ্ডবগী মচাশিংগা হনজিং চীংদোন্দা তাররিবা ( তাংখুলশিং ) শরোইশিংশিগা চবৌ মৌবৌ-নহুনা লাইগী মচা মচীন মনাও তরেং (মঙাং লুবাং খুমন অঙোম খাবা ঙানবা, মোইরাং, চেংলৈ) অসিগী চাদা নাউদানবা শিন-বিখিয়ে লৈমবেলনা। অহুদগী অস্মুম্না চবৌ মৌবৌনহুনা চাদা নাওদারকপা মচাশিং মচিন মনাও তরেংতগী লৌহুনা য়েক তরেং হায়হুনা ঈবম য়েংনা, মঙাং লুরাং খুমন অঙোম মোইরাং খাবা ঙানবা অমস্মুং চেংলৈ হায়হুনা লৈহৌই। অহুনা হৌজিক ফাওবা য়েক তরেং হায়হুনা মচাখায়না ময়েক শেংনা চীংদস্মু তমদস্মু লৈরিবসিনী। মচাশিংসি খরা অমনা তমদা কুমথহুনা পানখি অহুগা খরা অমনা চীংদা পানখি। চীংদা পানবনা চীংমী হায়না খঙনখি। অহুগা তমদা পানবা কাংবুনা তমমী হায়না খঙনখি।

## "সলাই"

মপুগী মঙাল ফংদবা হেদো হেরাং কাহ্নুনা লৈহৌরিবা শরোই ময়ামহুনা মপান থোক্লা খাইদোকখি। অমযমবু শলাই হায়না খঙনরৈ। অসুম্না সলাই মাপল অসি লৈখি। য়েক মচা নত্তবা মখৈবু সলাই মচা ঙাইহাক্কনী। হায়বদি মালেম অসিদা লৈরিবা য়েক লৈতবা পুম্নমক সলাই মচা ঙাইহাক্কনী। অহুনা মীওইবা পুম্নমকপু শুপচিন্না য়েক সলাই হায়না খঙনরি। য়েক্লা হান্না মাঙ থাবগী মরমদি য়েক্কী ইবুধৌ পাংখঙবগী ঈ থাঙথরকপা লাইদগী মী তারকপনী। অহুনা য়েক তরেৎপু মীতৈ কোরমবনী। পাখঙবগী মচা তরেংনা লৌখিবা শরোই, লিকলম অচুম্বা ফংজবা মঙাল ফংজরবা হনজিং চীংদা খুম্তারবা কাংবুগী চম্নুশিংগী মমিংদি মথংশিংনা :—হীরৈমা, য়াইরৈমা, হীপোকপী য়াইপোকপী, হীকুবী, য়াইকুবী, অমদি য়াইস্না হায়না কৌই। কংলৈপাক অসিদা য়েক মচানা নিংথৌ ওইহুনা মীরোল কয়া ইঙনা লৈজরম্মী অহুবু সলাই মচা চীংদস্থ তমদস্থ মশীং খঙদনা ফুজিল্লকখি অসিনা য়েক খুনাইদা চয়েৎনবা পোকখি।

## "খুনাই লিংবা"

খুনাই লিংবা হায়বসি চীংদা অমসুং ভমদা মচী মচীদা ফুরুপ কয়া শেমহুনা খুল্লাকপা অমমমগী মখাদা খুনলিংবা হৌরকখি। অসিবু খুন্নাই লিংবা হায়না খঙনরকখি, মসি হৌজিক্কী মতমদা মচা ময়ুম পাল্লগা তোঙান্না চোংথোক্কুনা লৈহনবা

লৈকাই অমা লৈরগা লৈকাইলাকপা অমমম থম্বা অত্তুগুম্বা মওংনী হায়বা য়াই। হায়রিবা ফিভম অসিদগী মমৈদা তম্পাক্তা লৈরিবা, য়েক অমমমগী নিংথৌ অমমম হাপ্তুনা খুনাই অসি খর চাওখৎপা মওংদা লিংনরকখি অত্তুবু চীংদদি হৌজিক ফাওবা খুল্লাকপগী মওং অসিদগী হেন্দ্রি। অত্তুদগী নিংথৌ অমগী মচাগা লোনা লৈনবা খুম্নগী মঙাল নাইবা মচীন চৎপা অমগা মঙাংগী, অঙোমগী লুৱাংগী মঙান নাইবা মচীন চৎপা অমগা মচা মশেল পীনবা লোনা লৈনহনবা নিংথৌগী ইমুং মন্নুংসু য়েক অমগীগা অমগীগা লোনবা, অস্নুম্না য়েককী "ঈ" ঙাক্না চৎপা ফজরবা থৌরমশিং অসি লৈরম্মী। অসিগী মথক্তা য়েক নিংথৌ (*Rayal family*) গী ঈস্নু ৱাংনা থম্বা ঙমলম্মী॥

অত্তুগা থম্বা ঙম্নবসু কন্না হোৎনরমই। অত্তুবু মমৈথংদা য়েক তরেংকী অপূনবা মশক পোরক্তুনা কংলাদা মৈতৈ নিংথৌনা ফম্বাল লাংদুনা লৈঙাককী পোৎলুম পুবা অসি চৎনরকখি। মসিগী মওং লাক্লবা মতমদদি নিংথৌগী "ঈ" ঙাকপগী মওং অসি মাঙগ্রে। অত্তুগা নিংথৌনা মনীং তম্বা কা হেল্লী। অত্তুগা মুপী মশীং খঙদনা লোনবা চৎনরকই। লাইনিঙ, লৈঙাকলোন, নিংথৌ মচা ওইরিবঁদা মায়চৌশিংদা তমহনবা অদুসু তোক-লকখি। মদুগী মহুৎতা থাঙ তাবু মহৈ ওইনা তমহল্লগা নিংথৌমচাগী মহৈ মপূং ফাবা ওইনা খন্নরকখি। অত্তুনা লৈ-ঙাককী পোৎলুম অসি অঙম অথৌশিং মায়চৌশিংনা পুরগুম্না তৌরকই; মপূং ওইনা অঙম অথৌশিংগী লৌশিংগী মথা পোন্না লৈঙাকলম্মী। অত্তুদগী মমৈথঙদদি লৌশিং মমি ৱাংলকপা

অমদি ইবেনধৌনা তাকপিরমবা তাইবংনা চৎকদবা য়েক-মচানা ঙাক্কদবা ইমোইন্নু ইমা লৈমরেলনা পামজবা তাইবং লৈচৎকী য়াংমদা চৎলকপা নিংথৌ য়াওরকপনা মাগী চাদা—নাউ-দাদা অঙম অথৌশিংগী য়া তারক্কবা মানা তৌনিংদবা তৌবা লৈঙাকলোনগী লৌশিং লৈতবা নিংথৌরোল, মথং মথং লাকপনা চরাই রোংবা হাকতক্তা মখি তাবা মমি চৎপা হৌখ্রে।

স্না ফম্বালদা লমহুই মথী ফায়জল্লম্লে য়েক নিংথৌগী স্না "ঈদা" সলাই ঈ চঙখ্রে। মপুগী মঙাল ফংদ্রবা হেদো হেরাং কানা পাল্লবা মাঙলম তুংলম খঙদনা সলাই ফুরুপতগী মচীন মরৈ হেল্লবা শান্তিদাস কোবা মীয়ান লম্বোইবা চেঙজংবা অহুনা চরাইরোংবগী য়েক্সী নিংথৌ লীক্লমবু ঈগী লমদা লম-থৎপীরমলে। অসিনা চরাইরোংবা মহাক্কা থুপথ্রবা মতমদা য়েককী খুনাই মুৎথংতুনা সলাইগী খুনাই লিংহুনা য়েককী পারম পুরমবু মুৎথংনবা শরৌ শীন্নরকখ্রে। ঈমোইন্নু ঈমানা পামদবা লীচৎ শাজং ঙাইহাক্তা নিংথৌগী ঈরক্তা চৎথরে। য়েক্লা মতাই ওইরকলে সলাইনা ময়াঈ লেপথরে, তাইবং মপুগী মিংথৈ শোনবগী থবক থৌরম নোংমা নোংমগী শিথরকখি। মমৈথঙদা ঈনিংথৌগী বোধচন্দ্রা স্না হাকতক্তা ঈনিংথৌ য়াওনা শিন্দুনা শিথরুরবা য়েককী খুনাইবু নৌহৌনন। লিংবা ঙন্নবা হোৎ-ন্নরকখি। মপুগী মঙাল ফংজনবা লম্বী থিরকখী। ঈনিংথৌগী মতুং ইন্না খুনাই কন্নবা মীওই কয়া চোংথোরকখি। মসিগী মমাঙদা ইবেনধৌগী পোরুফম ওইরবা কছারদা নাউরিয়া ফু-লোঙ্গ খুনাই অসিবু কন্নবা অমদি তাইবং মপু মাগী মঙাল

ফংনবা লম্বী লময়াংলমলে। য়ুমফালদা নাউরিয়াগী তুংইনবা কৈশামপাংতা পোকখিবা স্বরচান ১স্থং ইবোমচা মচিন মনাওসু ঈনিংথৌ বোধচন্দ্রগী তেংপাংখি। মতুংদা য়েক খুনাইবু মুংশিজবা মীওই কয়া মখোয় অসিগী মন্নুংদা টি বোকুল লাইশ্রম চাউবা অঙোম বীজয়, শেরাম বাচা য়োরবুং, করাম মাইপাকপী থম্বৌ লুরাং লাইখোং, মুহোরি খুমন হুইদ্রোম নাউরেম অঙৌ মঙাং, থৌনাউজম শামু লুরাং ইবোমচা খুমন রাংখেম মোইরাংথেম ইবোতোম্বী রাংখৈ, কাংজম গোপাল, থোকাজাম্বা, লাইশ্রম তোমাল নচিংবা মচীন তোঙবা কয়া মশীঙ লাকওমদনা মচী-মচীদা কাংলুপ কাংলুপ লৈরিবশিং অসি শীংথাবা য়াই। মপূং ফানা শেমগংতুনা খুনাইবু হিংনবা মীতৈ ঈশাগী লাইনীং লিকলমবু ঙাকবা লিঙখংলবা অপুনবা মরুপ কয়া লৈরে। মসিগী মন্নুঙদা "চীংতম য়েক সলাই স্না কংলৈপাক লাইনীং" কলৈ ঈনাং থিবলোন কাঙলুপ, পলেল য়াইফ মরুপ কঙলৈপাক থৌশিন কোন, অপোকপা মরুপ, নহারোল মাতৈ মরুপ (লাইশং খুরাই লমলোঙ কৈথেল) মীতৈ মরুপ (য়াওন—টি বোকুল) মীতৈ ময়েক শন্দোকপা কাঙলুপ, মচা লৈমা, লনয়ানবা। কঙলৈ স্না লৈবাক চীংতম লুপতিন সঙলেন, কংলৈ মৈতৈ ঈনাং মরুপ (রাংখৈ কংলৈ খুম্হোকয়াঈ মৈতৈ মরুপ, কৈশামপাং মীতৈ থৌগল মরুপ (কৈশামপাং) লাইনিংথৌ সনামহী থৌগল কাংলুপ, অসিনচিংবা কয়া মশীং লাকওমদনা লৈখ্রে। ককচিংদসু কয়া অমা লিংখৎখ্রে। অস্নুম্না হান্নবা লিংখৎপ্রবা কাংলুপ শিংসি নত্তনা অনৌবা ফুরুপ কয়াস্নু শেম্নবা হোৎনরি। চেফোংদা

সলাম মনিংলেগী "হিংবা" এল ইবোয়াইমা "অওনবা" অমদি নাও-রোম ইবোবীগী "ঐখোয়গী কংলা" শিংথানিঙায়নি। অসুম্না লিংখৎখ্রিবা অমসুং লিংখৎলকলিবা মরুপ খুদিংনা মানা মানা খঙ-জবা মায়কৈদা অরেপ্পা লৈতনা চঙশিন্দুনা থিজিন্দুনা মাঙঙু-রবা মুংথরুরবা মীতৈ খুনাই অসি হিংগৎপা ঙম্নবা হোৎনরি। ময়াম অসিনা চুম-শাত্নুনা পুখৎলক্লবদি শেয়দনা মীতৈ খুনাই হান্নগী ঈপা ঈপুগী খুভম হুপ্তিনবদা নত্তনা হেন্না চাওখৎলক্কনী অফবা ওইরকখিগনী।

## অরোইবা শরুক

লিংনরিবা কাংলুপ ময়ামশিনা থিজন্নরকপা ময়াম ফনা য়াম্নসু খুমাঙ চাওশিল্লকলে। মহারাজ বোধচন্দ্রনা ১৯৪৫ দা কালেনগী হুমনি পানবদা (চাউরাক্পা চহী ১১৮ লোম মীয়াম লাইনীং কয়ানা খাবৈ খরা শাত্নুনা লৈরকপদগী) হিন্দু গৌরিয়া ধর্ম্ম অসি মীতৈগী লাইনী নত্তে মীয়ামগীনি হায়বা খঙত্নুনা মীতৈ য়েক খুনাইগী মরমদা থিজিনবা থরায় য়াওরবা মায়চৌ লমজিংবা কয়াদা স্না য়াথং পীবিখি লোয়ননা কংলা মনুংদা চঙত্নুনা ইবুধৌ পাখঙববু ঈরাংখিবা অতুদগী লেপ্তুনা খুনাইবু য়োকখৎনবা হোৎনরকপনা ঙসিদি ফনা য়াম্না মপুং ফারে। তাং ১৩।১০।৭৭ তগী সনামহী মশাইকোন্দা লেঙশিন্দুনা ঈরাৎ থৌরম তৌবা হোৎখ্রে। অদুগা তাং ২৬।১০।৭৭—৩০।১০।৭৭

অসি শুংলা মঙ্গুংদা কংলৈ খুম্থোক য়াঈ মৈতৈ মরুপনা শিন্দুনা মেরা মেন ভোংবা হায়বা থৌনিরোল তৌগ চহী চা কয়াগী মতুংদগী অহানবা ওইনা তোগ্রে। পুম্নমকসিনা মীতৈ খুনাই লাইনিং ফনা য়াম্না চঙশিল্লে মপুং ফারে হায়বা য়ারে।

অঙাং পোকপগী তরুক্কি থৌরম শিবগী ১১ নী থৌরম-নচিংবগী ঈশৈ শকপা অশৈবা শৈশকপা য়াম্না থোরকলে। মথোয়দুগী মনুংদা লবঙ্গ, বৌশা, মাংগোল্লে, ইবেমহল, তোম্বী সনাহৈ, নবচন্দ্র, অয়ামবিধু, শলুংবম কলা, নিংতোমবম অঙো-তোন মোইরাংথেম ইবোতোম্বী, বীরচান্দ, খুমন চন্দ্রকলা লাংঙথেন থোইমু, সনাথোই, থাবল্লৈনচিংবা কয়া থোরকলে। অসুম্না য়ামদ্রবদা থৌদোক অমদা থৌরম থৌপুমিম্নবা থৌপানবা পারম পুরমগী অচেৎপা লাইনীং লাইশোল খঙবা কয়া থোরকপা অসিনা মীতৈ ঐখোয়গী পুকনিংদা থোইদোক্না হুংঙাইবা ফাওই। থিজিন্ন-রিবা অহল লমননচিংনা মায়পুননা হোংনবিহুনা অমদি মতুংইনবা নহারোল কয়া শেমগংপিরক্লবদি য়াম্না হেন্না খুমাং চাওশিল্লকনী। শোয়দনস্থু শেম্বীরক্কনি। মসিনা চহি ইকুই কুইথবা তৌদনা ইপা ইপুগী খুভম মপুং ফানা হনজিল্লগনি হায়বসি চেংনা থাজবা পোক-হল্লি। অহল লমনশিংনা হোংনবিবগা ঈরোইননা লৈবাক থৌ পুবিরিবা Minister, M.L.A. শিংনসু পুকচেল অমত্তা ওইনা মায়কৈ অশোমদা চঙশিল্লকপা অসিদা হন্দকী ( 1977 )নিংথম মীফমদা থোইদোক্না মীতৈ লোনবু official lenguage ওই হনবা অমদি Eight shedule দা চিংহন্নবা তকশিনবা অসি তশেংনা মুঙাইবা পোকই।

শোরারেল হায়বগা, শলায়লেল হায়বগা য়ায়া য়েংনবগুম উই মতাংদা মুন্না খম্ব্ররদি করিস্লু য়েংনিংঙাই লৈতে। মইমদি শোরারেল হায়হ্লা। লৈশেম্বগী মতাংদা য়াওখ্রিবা অসি অভিয়া শিদবগী 'য়েংথংবা পাবোমদগী পুথোকখিবনি। অদুগা হুন্দকী শলায়লেল, হায়বসিদি ইতোপ তোপ্লনি। তেংবাম্বদা লৈরিবা শাগী লক্তা মখোং অনি পাম্বা লেপখৎলগা চৎপা মীওইবা হায়বা কাংবু অমা লৈরিবসি পুন্না য়েক-শলাই অস্লুম মখঙৈন! য়েকনা মখল তরেৎ গুই অদুগা শলাইনা মখল মাপলনি। য়েকপু পোকপীরকপা অদুবুনা পাখৎবনি। অসিনা য়েক মচাশিংনা (মীতৈ) পাখংববু ইবুংঙৌ পাখংবা হায়না নোল্লক্না ইকাই খুম্নৈ; অমরোমদা য়েকপু পোকপা অপোকপা ওইবনা মীতৈশিংনা অপোকপবু খুকম্বা মতমদা (শাগৈগী অপোকপা খুকম্বদা) ইপুধৌ পাখবব খুকম্নরিবনি। য়েক তরেংমক ইবুধৌ পাখংববু খুকম্নরিবনি॥ য়েকতরেংমক ইবুধৌ পাখবগী চাদা নাওদানি মচানি, মশুনি। মীতৈ হায়বসি ইবুধৌ পাখৎবগী ইমুংদগী শন্দোরক্লকপনি; মাগী মচা মস্লুদগী সুগাং, সুবোল মরোল মরোল লাক্লুনা মীতৈ লৈবাক অশি শনখিবনি। অদুগা শলাইহায়বশি পোকপীবম্বা শলায়লেনগী মচা-মস্লু, সুথা মথং মথং চাদা নাওদাহ্লনা শলাই মাপল অসিনা মালেমশিগী মফম কয়াদা শননা শিননা লৈরকখিবনি। হৌজিক্তী শলাইগী চাগোক অসিনা মায়কৈ শিল্লকপনা মীতৈশ্লা লৈবাক কংলৈপাক য়েক মচাশিংতনা য়েলহৌঙৈদগী মনিংতম্না ইংনা চীক্লা পল্লম্বদু শলাই মচানা কোয়শিল্লকপনা মতম অদুগী ইংনা চীক্লা ফজরবা ফীভম অদু

মাংশ্রে। শলাইগী লৌনম শরৌদা য়েক-শাগৈ শলাক শাবে। মতাং অসিদা য়েক-শলাই মচা অনিমক্তা তেংবান মপু মাবু চেৎনা নিংজনা মবৌ হৈবনা ফত্তা লৌশিং তৌদুনা লোয়চন-নবা ভৌবগী র'কম থাদোক্তুনা অনিমক চান্না চিন্নমা তেংবানবা মপু মানা শেম্বাবনি; লাইনিংথৌ স্নামহীগী মশেমথোক্লী খঙননা লৈমিননবা তঙাইফদ্রে। শলাইনা তৌয়্রনা শ'রৌ তৌদুনা য়েক মচাশিংবু তরুনা লাক্লরবদি মচিং যত্রবা (মঁাঙইবগী হৌনশা ওইবা) ইথিলনা থম্মোইদা য়েকখিদুনা শিংনরক্লবদি ইংনা চীক্লা সুংঙাইনা লৈমৌম্বগী অমতা ওইনা হিংমিননবগী ওন্না তৈনবা মওংদা চরাংনবা পেন্দবা কয়া ল্লাকনি। মসি তেংবাম্বা মপু-মক্লা ব্লায়েম্বদা অয়াম্বা মরৌতৌবা মপু ফাওবদা চৈরাকপী-বগী অরেপ্পা ব্লাফমসু লৈ। অদুনা শলাইগী পোকপা অপো-কপা শলাইলেনসু য়েক-শলাই শেম্বীবা লাইনিংথৌ স্নামহীবু মচা শক্লা নাঙকোনবীখিবা অতিয়া শিদবগী য়েৎথংবা পাম্বো-মদগী পুাথাকখিবা ইপা শোবাবেলবু শলাইলেন হায়না লাননা (মীখাভৌবা) লৌনবা হোংনবসি তশেনা মীনৈ মায়চৌশিনা পেনদে। মরম অসিনা শোরারেলবু লাননা শলাইলেল হায়না লৌবীগনু।

ইমা লৈমরেলশিদবী হায়বগা লৈমরেন হায়বসিগা য়ান্না চয়েংননা লৌনবা অমসু লৈ; মতাং অসিদা চয়েংনদনবা লৈম-রেল শিদবীগা লৈমরেল হায়বগা থংনবদু শমপৎনা কা'থোকচগে।

ইমা লৈমরেল শিদবা হায়বা অসি অতিয়া শিদবগী ওই-থংবা পাবোমদগী পুথোকখিবা লাইনিংথৌ স্নামহীবু মমা শানা

য়াদে। চুম্বী হায়নবদি লৈ মীতৈ নীংথৌবু লানিংইথৌ হায়না মীংগৌনরম্মী। মী মরক্তগী লাইগী মতিক লৈবা, মপুগী মগুাল লৈবা মীতনা নিংথৌ ওই হায়না অহলশিংনা চেৎনা থাজনবা অমা লৈরম্মী। অসুম্না লৌনবা অশিদগী মায়চৌশিংগী মরক্তা থোইদোক্লা মতিক লৈবা নিংথৌ য়াওরকপা মতমদা লাইনিংথৌ সনামহীমরা লাংগুনলকপগুম্না লোইরকপদগী নিংথৌদা লাইনিংথৌ হায়বা মীংগৌ অসি তমখি। হায়রিবা মীংগৌসি চরাইরোংবা মহাক্তক ক্ষাওবা চৎনরম্মী। অদুদগীদি পামহৈবা হাক্তগীমি লাইনিংথৌ হায়বগী মহুত্তা নিংথেম হায়না চৎনরকখ্রিবসি। মরমদি লাইগী মতীক লৈবা থবক থৌওং থোরমদা নিংথৌনা তারম্বদগী। মীয়ান মপুক খোয়বনা থেম্বদা য়াখি হায়বদগীনি নিংথেম হায়না মায়চৌশিংনা মীংগৌবীখ্রিবা।

পাখঙবগী মতাংদস্থু য়েৎনবা কয়া লৈ। নোংদা লাইরেল পাওখঙবা তাওরোইনাই পাখঙবা অসিনচিংবা নোংদা লাইরেল পাখঙবা হায়বসি মীতৈ নিংথৌ অমগী মমিংনি। অদুনা ইবুধৌ পাখঙরবুদি নত্তে। তাওরোইনাই পাখঙবা হায়না মীওইবা খুদিংমক্কী ভাইবং হকচাংদা (য়েক্তগী রাফম নত্তনা) লৈবনি। শিংলী নাওরী চেল্লীবশিংগী লৈরিবা ফীদুপশিংশি ইবুংঙো মহাক্কী ফীদুপ ঙাইহাক্তনি। মমৈবু ময়ানা চীক্তনা লৈবনি। ইবুংঙো মহাক্না মকোক খজীক্তং কাংখৎলকপদা হকচাং মুংঙাইতে, চাবা থকপা য়াদে, পুক মরী তীংই, চীন খা ইখা খাই, চাবগী মহাও খঙদে। অসিগুম্বা মতমদা মীতৈ অমাইবা অমাইবীশিংনা খয়োম লাকপা ইরাৎ থোরম্নচিংবা তৌদুনা খোরমথোকনৈ।

মশিগী হৌজিকী Medicel Science লাল্লবা মতমদস্থু psycho-logical treatment হায়হুনা অহুম তৌনৈ। অহুবু অমাম্বু Convince তৌহনবা মওংদি থেৎনৈ অহুনা তৌগনিবা থোক্লগদি অমত্তনি। Homoeopathic কী treatment দস্থু heart mind গী ফিভম য়াম্না য়েংলগা psycholagical treatment মওং কায়দনা পীনবা হোৎনৈ। মতাং অসিদা placebo tablet অসিস্থু য়াম্না শিজিনৈ। মসিনা তাকপদি লায়েংবগী মতাংদা psycho-logical treatment অসি তঙাইফদন চংই হায়বসি ঙসি ঙৰাংগী রা ন্নাহনা মীতৈ ইপা ইপুশিংনা য়াম্না মাংজোননা থঙলমলে হায়বা তাকই।

অদুগা ঙসাইগী মথক্তা পনখ্রিবা ইবুধৌ পাখঙবা হায়বসিনা মীতৈ য়েক তরেৎপু পোক্লীবা মহাকপু হায়বানি। উমংলাইগা সনামহীগা চয়েৎনবগী মতাংদা থরদংগা হায়জগে উমংলাইশিংদ লাইনিংথৌ লাইরেম্বী ময়াম অমা লৈরিবশিনা করম তৌরিবনো হংনরি। তশেংবমক হংনিংঙাইনি অহুবু পাওথুমদি অহুক হাক্লা লুদে। লৈকায় খুদীংগী উমং লাই ইরাৎনবা, থুল অনৌবা অমা চোংথোরক্লবস্থু উমংলাই অমা হেক্তা ইরাৎপা অসি তৌনরি। মশি লৈকায় লৈকায় খুদিংগী অহলশিংনা মাগী মাগী লৈকায়দা ইপা শোরারেল, ইমা লৈমরেল শিদবি, লাইনিংথৌ সনামহীবু খুভম য়াহুনা ইরাৎপনী রানি।

কনাগুম্বশিংনা সয়ন্তীদাস M.S.C. নি অদুগা কংলৈপাক্তবু মালেম ওইনা লৌরম্মী ; World গী geografical account গী মরমদা করিস্থু থঙলমদে হায়না লৌরি। মস্থু তশেংনা মীতৈ

ইপা ইপুশিংনা করমতৌনা লৈরম্বনো হায়বগী মরমদা রারী অমত্তা থাঁজিল্লবা খোংচিলুবা থল্লুবা তৌদনা ইতাও তাওনা খোজেংদগী পংছায় হায়খিবা ৱানি। মরমদি সান্তীদাস গোসাইগী মতমদা India দা Western e lucation লৈত্রি। West Bengal দা সংকৃতকী ঈহৌ য়াম্না পান্নীভৈগী মতমনি। Western education দি ঙরাং মুমিদাং ৱাইরমদগী মরাকপদা মঙাইরিবনি। হায়রীবা মতম অদু পরটুগীজ লল্লোন্বশিংনা India দা ললোনবা হৌরকপা East India Company লিংখৎতুনা মখোং থাংজিনবা হৌরকপদা ঙাইরীবা মতমগী ৱানি। চাওরাক্না চহি ৩০০ লোম থরহেল্লবা মতমগী ৱানি। Western Education দি কাইনা থংদা E. I. C. লাবলবা তুংদা হৌরকখিবনি। অদুগা সান্তিদাসনা হৈবা মহৈদি বেদ শাস্ত্রা, ভাগবত গীতা, ঋীগবেদ, শাম বেদ, অথরববেদ অমসুং উপনিসদকী মরমদা Master তৌরগা লাকপনি। অদুনা খোংনাংথাবা ইপুগা সান্তিদাসকা পামহৈবগী মামাংদা য়েংনবদা গোসাইনা তৌয়না হায়—" মহ্ বেদ সাস্ত্রদা য়াওদবা ৱানি; বেদ খঙদ্রে, চাওখৎত্রে" অসুম্না হেক হেক হায়রম্বগী ৱারীদি মীতৈ মায়চৌশিংনা য়েংনবা মতমদা য়াম্না তৌয়না থোকই। অদুনা মহাকপু M. Sc. নি হায়বদি মুনফম য়াওদবা ৱানি। অদুগা মহাকশি Hindu orthodox অমনি। মাগী ৱাথলদা মলেমসিদা philosophy ৱাংবা ফজবসি Hindu না মহেল্লে হায়না লৌই! মীওইবগী মরম খ্বাইদগী চাওখৎপা ১সুং মী অশেংবা হায়বসি Hindu তবু ওইনা লৌরম্মী। অতৈ কাংলুপ খুদিংমক য়োংদগী থাংথরকপা

কুইত্রিবা মী মরক শা মরক ওইনা চৌবা জঙ্গলদা পংলৈ লৈবা কাংবুনি। অসিগুম্বা কালুপশিং অসি বেদ শাস্ত্র। খংহল্লগা প্রভুবু নিজরগা মাওইনা শেদোকপা য়াই। মসি য়াদনা কাংবুশিংদি মাংই হায়না ইন্দোক্কদবনি হায়বা চেংনা থাজবা লৈ। মসিনা তাকপদি নোংমাই অসি হৈবোং মনুংদা লৈবা তীনগা পাংশক্লা। মীওইবা হায়বশি হিন্দূতবুনি হায়না লৌঊবা মাগী রাখল আসনা মহাক world শিদা চোঙান চোঙানবা হিন্দুদগী হেন্না চাওখংপদা থাক ব্রাংলবা কয়া লৈ হায়বসি খঙদবনি। নোংপোক চীদাইদা Hindu দগী য়াম্না হেন্না চাও- খংলবা মাতৈ খুনাইবু উবদা খঙবনা। মত্তু ফাওবদা মঙোন্দা শেংনা লাকশিনবদি ঙমদবনি। লোয়ননা কাল্লকপগী ইথীল অমম্তু মশাদা ফজনা ফাওখি। Hindu তনা ফন্দুনা লৈরম্বা অদুবু মঙোন্দগী য়াম্না হেন্না চাওখংলবা মীশিংদি য়ামজদবা পুকচেলন্তু য়াম্না চাওবা মীতৈ খুনাইবু উবদা মহাক্লা কন্থীথোক্লা মীহোৌখিবনি অদুনা মীতৈগী পুকচেল চাওখোকপা অসিনা মাগী ফত্তু লৌশিং চৌনবগী খুদোংচাবা লম্বা অদু লায়না ওইখিবদগী নিংথৌবু লাংদা ফাদুনা মীত্রং চৌদুনা অমদি ঈগী লমদা লম- থং পীদুনা নিংথৌবু মাগী খুদোম্বান থমদুনা পুনাংবা মাইকৈদা পুখিবনি।

মীতৈ অহল লমনশিংদি মীতৈভবু মীওইবনি; ম্না কংলৈ- পাক্তবু মালেম্না হায়না লৌরম্বগী রাফম লৈরমদে। মদুগী খুদমদি য়েক তরেং শলাই মাপল হায়দুনা থম্বীরম্মা। য়েক তরেংনা মীতৈবুনি। অদুগা শলাই মাপলনা মলেমশিদা লৈহোৌবা

তোঙান তোঙানবা শকচু লোল ভীরদবা মশাগী তোঙানবা Culture লৈজবা কাংলুপশিংবু মাপল থোক্না মীতৈ অহল লমন-শিংনা শকখঙলম্মী।

মীতৈনা খাগী ( China ) গা মরী লৈনরম্বা, বর্মাগা মরী থনম্বা, তেখাও নিংথৌগা মরুপ শান্নরক্লা মুমলোনরম্বা লৈবাক-শিংগা মরি ফগৎহন্দুনা ইংনা পানবা য়ানবা পোরক ( foreign policy, policy for peace, security etc ) কয়া শিন্নম্মী; মুমলোননবা লৈবাক্তা য়ানবা তেংবাংনবগী থৌশিলনচিংবা (treaty etc) কয়া অমসু ফজনা চখরম্মী হায়বা মরেক শেংনা খংই। মশিনা লৈঙাক শাশোনগী লমদা ফজনা চাওখৎলম্মী হায়বা তাকপনি।

Hindu orthodox না মাংই শেংই তৌবিবা, ইথোকপা ইনশিনবা, লৌখৎপা, তানথোকপা অসিনচিংবা থৌওং কয়া তৌদুনা India গী Culture গী য়াম্না অকায়বা পিরি। India দগী non Hindu Citizen শিংশিগী মশা মশাগী তোপ তোপ্পা লৈজবা রাখল Culture গী তোঙানবা ফজবা মশকশিংবু য়োকখৎপীদুনা India গী Culture গী পুক্কৈগী মশক লুহনবা ফজবা মওং পুররুবা হোৎনবনা Indian Union গী মনুংদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা ফুরুপশিংগী মরক্তা অমনা অমবু হন্থনা য়েংনবগী চাং হন্থরকপা অদুগা লোয়ম লোয়ননা কাংলুপ (Conmunity) অমগা অমগগী মরক্তা চিন চাননা লৈমিনবা, মুংশিনরকপা হেল্লকনি। মদুগদা চাওখৎপগী লম-বেলদা India গী State খুদিংমক থোংমান্নবা চংশিনমিন্নবসু

শোয়দনা ভমলকনি। কাংলুপ অমনা অমবু হুম্বনা য়েংনবগী অমনা অমবু হাৎতোক্লবা হোৎনবগী রাখল থাদোক্লরকপা, অমনা অমগী পীবা য়াবা মতেংদা অমুক মুক্লবা তৌদনা পিনরবদা খুংশিনরোইদবা লম্বীদা পুরক্লরগী রাফম সুংলৈ লৈতে হায়বসি থোইনা লুনা থোকপা নত্তে তশেংবমরী; ইচম চম্বা রাখল পরিং অমদা হেক খন্দুনা য়েংবদা ইরাই লায়না হেক্তা খঙবা ভম্বা রানি; scholer নত্রবসু মীচম অমনসু ইচম চমনা খন্দ খনবদা খঙবা ভম্রবা রানি। ঐ অমবু মী অমা ওইনা খনবীদ্রবা, মীনাই মীশনগুম্না লোয়নবিগে হায়রবদা হরাওগদবা তাইবংদা কনা লৈরোইয়ে। লাইবু লায়ররবসু ইনাকপু খুল্লবসু, খুনবু খুদ্রবসু, মহৈ হৈরবসু হৈবু হৈত্রবসু মী অমা ওইনা ইকাই খুম্নবিরবা মাগী অরা অনাদা তেংবাংবীরবা তেংবাংনরবদা মলেমদা খুংশিনরোই-দবা কনা লৈরোইয়ে। অসিবু খঙনা খঙনা India দা Hindu তবু অখননা খুদোংচাবা পিরবা, কাংবু খরতগী লোলবু eight schedule দা চিংহল্লগা, কা বু খর অমগী লোলনা খুনাই অমগী লোল অমা ওইনা ইকাই খুমনবিদ্রগা Union Government না unity পুরক্লবা মপালখোংদা উৎ চাইবনদি Home policy দা মায়পাকপা পুরকপা ভমলোইয়ে। অদুগা India বু Hindu তগী ওইনবগী রাঙাং শাঙাং, Hindu শিংগী রাখলদা Hindu তগী মমা লৈপাক্লী খন্ননবা রাঙাং শাঙাং লৈপাক্লী অঙম অথৌশিংনা পংশি শিঙ্গীননরবদি Hindu নত্তনা India দগী Citizen শিংগী মপুক্লিংদা রারোবা লাক্ক-নিয়ে। লায়ন লোয়ননা Hindu Orthodox শিংনা নাও

চাওবা নরাংবা কা য়াম্না হেল্লকনিয়ে। অসিনা খ্বাইগী মিংয়েংদা India হায়রগা Hindu Society তবু represent তৌবগী মওং অমা লাক্নি। মসিনা অমুক India গী Democracy গী ফীরেপ্তা শাথীনা অকায়বা পীরক্নি; mother India গী মমায়দা মায়হিং কারক্নি; কাস্থু কারি; শোথরবা কাংলুপশিংদা Hindu শিংনা তোয়না তুহৎপীরি। মীতৈ থুনাইদদা নত্তে, Horijan শিংবু গুহাগী ঈশিং শোক্লবগী ম্রাথোক ওইখিবা India daily paper দা হৌখিবা 1977 দা লৈরে কয়া ওইখি All India Radio গী পাওদা তোয়না পাওদমলকখি। মশিনা Indian citizen শিংদা Indian Contitution না পীরিবা fundamental right তা শাথীনা effect তৌই। মশিঙস্বা Hindu শিংগী ঙক কল্লবা মতৌ শিনা Indian Union গী মথোং চেৎনা য়ুংলিবা য়ুম্বী অসি থোক থোক নোমন্থনা মথোং অঠু হিক হিক লাংহম্বগুম্না তৌই। মতাং অসিদা India গী লৈঙাক শাশোন পুবিরিবা শিংনা Indian Democracy দী Hindu শিংগী খুদোম্বীদা লৈগদবনি হায়বা অইন নত্রবা অইন অমদি লৈতবনিনা Hindu (হিন্দূ) শিংগী মরক্তগী Orthodox অমনা ফাওগৎলকপা Political Leader খরতনা Hindu তগী ওইবা ম্রাখল পুবা (India হায়বা ঐখোয়গী লৈপাক অসিবু) রাঙাং শিজিননরবস্থু অয়াম্বা leader শিং অমদি লৈঙাক খোশিল পুরিবশিংনদি য়ারিবমখৈ Indian Union গী মমুংদা ময়ি লাক্তনবা অঙম্বা Policy programme (Home policy) কয়া অরেপ্পা লৈতনা পায়খৎলকই ফনা য়ামনস্থু খুমাং

চাওশিললক্লে। Indian Cultural Integration Programme গী মতাংদা India গী তোঙান তোঙান্না লৈরিবা ফুরুপশিংগ তোঙান তোঙানবা Culture শিংবু শেংনা শেংনা নৈনরগা অমগা অমগা Competition তৌহনবা মশিদা মখল মখলগী Sport Compitition শুম্না পুখংলকপা, মানা পীবগী থৌরম কন্না পায়খৎলকপা নশিদগী থোইদোক হেন্দোকপশিংবু Indian Culture মশক World গী ওইবা মপান্দা উৎলুবা India বু Forlegner শিংদা শক খঙহনবা অসিনচিংবা পায়খৎলক্লিবশি তশেংনা চাওথোকচনিংঙাইনি। লোয়নমা Indian Culture মন্নুংদা অমগা অমগা মান্নবা মান্নদবা (Compare and Contrast) কন্না লৈনদুনা Study তৌবগী হৈনবী অমা (habit) মহৈ তমখৎলক্লীবা Indiaগী নহারোলশিংদা লৈহনবা, School, College গী Curriculum দা হাপচিনবা অশিমক তঙাই ফরকত্রবনি। মসিনা Indian Citizen শিংগী মরক্তা একতাগী রাখল লাকপা ঙমগনি। হিন্দূনা মীতৈবুস্থ হস্থনা য়েংদবা, মীতৈনস্থ হিন্দূবু অতোপ্পনি খন্দবা হিন্দুনা মীতৈবুস্থ ইকাইখুম্নবা মীতৈনস্থ হিন্দুবু লাননা লৌদবা মীতৈগা হিন্দুগা অনিগী মরক্তা ইকাই খুম্নবা লৈনবা অমদি খুংশম্ননা চৎমীননা অসি হৌজিক্কী মেন তান্দ্রবা চরাংনরবা মতম অসিদদি তঙাই ফরকত্রে। মশিনা India গী মন্নুংগী হেম্না মরাচেৎপা মতমকুইনা পুন্সী মুংশাংনা য়াইবী মরাং কায়নবস্থ তেংবানবা মপুনা থৌজালগী লল শোয়দনা কুবীরক্কনি।

N B. শান্তিদাসপু রারী মতাংদা হেক হেক পল্লীবশি হৌখিবা শকলোলগী সিক অমা লেংশিল্লকপদা চিখবা য়াদদুনা পম্বনি। হিন্দূবু মীতৈনা মুংশিদদুনা তৌবা নত্তে।

## "লৌইশিঙবা"

হয়ি হয়াহে ইপুখোইশিদবা
তাইবং শেম্বা মপুও
হয়িহে হয়াহে চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ
রাথলগী হৌরকফম ওইরিবা
লৌশিংগী তুংমফম ওইরিবা
অনিংবগী মথাবু পোল্লীবা
অরেপ্পা পুক্লিংদবু কায়দোংবা
য়াইবীগী তুংনফম্বু ওইখিবা
য়াইবী থিবিকপু পোকশিখিবা
য়াইবী রেলদি শিদবা
তরংগী থনুংদবু থুপ্লীবা
অশ বা ফিজোলমবু কৈতেংবা
শিদবা মপু ইবুংঙো
চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ
অমম্বগীদি তুংনফম
থুমনগী শকলোনবু ওইরিবা
অঙানবগীদি পোক্লফম
মঙাংগী শকলোনবু পুবীবা
মুংথীলগী শকলোনদি মীংশেনশুম লংবদা
লুরাংগী শকলোনবু লৌখিবা

তাইবংগী য়ায়েল চুপ্লীবু পাইরিবা
অতিং কোক মরুদি শিদবা
তরংলেনগী মপুবুদি ওইরিবা
তেংবানবগী মপুও
তাইবং পানবু শেম্বীবা
চীংঙু খোইয়ুমদি শিদবা
শিদবা মপু ইবুংঙো
চীংঙু নংগী থাবগী লোইবা নাইদ্রবা
খঙবগী পনখৈ পীদ্রবা
থীবগী লম্বী য়েংবদা
তাইবং য়াথল লৌশিংগী
য়াংমা লানবু চৎথিবা
চীংঙু নংগী নত্তিক্কী
লম্বী লমফাংলবা লক্তুগী
লৈশেম্বগী মতাংদা
করি খঙদ্রবা নদাইরেম্মা
লৌখৎতুনা ইজবা
থুপচিনজরগে চীংঙুও ;
অশিদা য়াওথিবা, অশোয় অঙাম থিবীকপু
হায়হৈদনা হায়থিবা
তাইবং ইতীক ওইদনা
তমহৈদবা তমথিবা

চীংঙু নতীক ওইববু, ইতিক ওইদবা পাওদমল্বা
'শিগী অৱান অছুই খিবিকপু
নচা ননাই ওইবনা, মপু নংবু নিংজনা
মীংথৈরোল শকচা শোঙ্জবা
শেংফাত্রবা খোম্থাংনা
মরোল মপুং ফাদনা
মচেং ওইবা ৱাঙাংনা
শৈথাজবনী খঙবীছুনা
তাথীবিগনো চীংঙুও, অত্তুগী শরুক্তা
চীংঙু নতীক অচৌববু, শোঙ্জনিংনা শোঙ্জবা
তাইবং থম্মোয় ওইবগী, নোল্লুকচবা মতৌবু
চীঙনা য়েংবীরগা, য়াইফববু পীবিয়ু
অফা মুংঙাইবু কুবীয়ুনে মপুও ॥

---

লোইরবা

## কোংলক্লণবা লাইরিকশিং

(১) মীতৈনরুপকী ফীরেপ
(২) তেংবানব মপুগী লিখুন থীরেল
(৩) য়াঙ্‌লোল কাংলোল
(৪) মীতৈ অখাইবা
(৫) মীতৈ লীখুন থীরেল

---

*Printed at the East Zone Printer Keishampat.*